কোংদোকচবা— লাইশ্রম নন্দকিশ্বর সিংহ
বিজয় গোবিন্দ

অইবা— শ্রীপ্রিয়োকুমার কৈশাম
তেরা কৈথেল

মথুময়েকপীবা— মোইরাংথেম লুখোই সিংহ
খুবাই

অহানবা ফোংবা— ১৯৭১ ইং জুলাই, ৫

মমল— লপা অছুগ




দি ফাইন প্রিন্টিং ৱার্কস ইম্ফাল

টেকনিক অমদি থিমগী রা খল্লুদন থম্মোয়দ খংহোদনা লাকপ থৌদোক অমবু ইথোকশ্রগা সুঙাই। মচুনি ঐগী রারীমচা। ময়াম পাম্মরিবা মোডর্ন সোর্ট ষ্টোরি হায়বচুমদি ইওই ওইখিদত্রা হায়ন খল্লি। অতোপ্পা ইনৌ মৌবা মওংগী টেকনিক অমস্তুং থিম অমা পুথোকপ দরকার ওই হায়বসে ইথল খনখিদবা নত্তে। লমাই স্কুল অমত্তং লৈত্রিবমখৈ লাইরিক ফোংদবন কৈ হায়বসি ঐগী রাখল ওইরম্মী। মসিগস্কুনস্থ অকিবা অমদি থমোয়দগী মাংখিবা ইরৈ লৈতে। লাইরিক ফোংবগী মতম রাৎলি হায়ন খনহনখি। অদুবু ঐগী মরুপ মপাং কয়াগী, মরু ওইন ঐগী মরুপ টি, এইচ, ইবোহনবী অমদি লমাবম গজেন্দ্রগী প্রেসরদগী ঐগী অরাওবা পূন্সি পুথোকনিংবগী ইমাং লাকখি। ঐগী অরাওবা পূন্সি য়াম্ম সার্প ওইবা ভিজন নত্তে। থিম অমত্তগী মখাদ মওং কাইথরক্লবা, চয়েৎনবা অমদি, লম্বী খংদবা, ঐন থেংনরুবা পূন্সি শক্তম খজিক্তং ফোংদোকলুবতনি। অরাওবা পূন্সিনা কোনবা লম মথৈনা ঐগী লাইরিক অসি ওইহল্লি। অদুগ ইতোমতগী নুঙাইজবা অমনা ঐন অঙাং ওইরিঙৈদ ইখিবা রারীমচাশিংগী মমুংদ 'ঐগী ইনে' 'জেহের উন্নিসা 'অপাবা লৈচিন' অহুমসিবু ফোংদোকনবগী খুদোং চাবা ফংখিবসিনি। মন্যুস্ক্রিপ কয়া মাংথরে— অহুমসিখক্তংদি মল্লবা খাতা মরক্ত থেংনরকই। মসিন অঙাং ওইরিঙৈগী পূন্সিবু নিংশিংহল্লী অদুগা নুঙাইহল্লি। অমুক হয় শেম-দোকপ ত্তোরুপ্রে। অদুমওইনমক লাইশ্রম নন্দকিশ্বরনা ফোংবগী ভার অপুম্ব লৌবিরমত্রবদি ঐগী অরাওবা পূন্সি ময়ামদ ল স্থোকপ ঙমলম্লোই। মসিগীদমক্ত পুক-চেল চাওরব মরুপসিগী মফমদ লমম তোনশিঙ্গে। অদুগা মতম কয়া মাংনা মন্যুস্ক্রিপ লোয়নমক শিমদোকপিখিবা ঐগী মুংশিরবা মরুপ য়ুম্নাম বিজয় অমস্তুং ঐন পুথোকনিংব মথুমগী মমুন পুথোকনবা হোৎনবদ কোক শাগ্রবা মরুপ লুখোয়সিংগী মফমদস্থ ঐগী তৌবিমল খংবা উৎচৈ।

# অৱাওবা পুন্সি

## অৱাওবা পুন্সি

নুমিৎ অতুগী নুমিদাং অতুমক্ত চৎলা হেল্লবনি। নুপামচা অহল রন্ধৱাদি স্তান থর তারদুনা তল অতু চানা চানা ফমুংদ হিপথখরে। অওইবমক নুপামচা অহলতুগীদমক্তদি গীত্তুগী পী থিংবা ঙমদবে। লাইবকগী নৈশা অসে মাগী নৌরিবা ৱাখলদ য়ৈররে। অঙাং ওইবগী শেৎমিং চানিংবা থুদিংমক নমথরবনি। অতুবু য়াইগ অসিদি নুমিৎ থুদিংগী কপ্পী। য়েংউ, ঙসিস্তু থেমনবা য়াত্রবনি। মানা তাল্লিবা দাবী অসে লৌ বিঘা অমতংগী মপু ওইরম্লবদ ঐহাক ইরায় লায়না থুংহনবা ঙমগদবনি। য়েনথাদ হৌরিবা থামেন অসে থোকচোমগী ইমুংদ য়োল্লুদনা ····, নুমিৎ চুপ্পা অমা নুংশাদা লেপপুরগা য়াগ কিলো অমত্তং পুরক্লিবসিনি। অতুবু য়াইমদি তলসিগী মগুণ খংদরে। অৱেপ্প লৈতমা কপলী।

নঙ্গলদগী অঙাং অসিস্তু কপ্লক্লে। হৈরাংলিংউদ য়ুরাংবা। ঐ তৌফম খংদরে অঙাং অত্র থাজুনা থোম ইনবিরে। য়াইমগী থোঙ্খাংদি অনৌ অনৌবা স্তর কয়া হাপকৎলক্লে। ঐ চৈবা ঙম-দ্রবনি। করম্ব ৱাহৈন ঐ মঙোন্দ চৈক্লগনি?

"য়াইমা" — রন্ধরানা ফমুংদগী, ভুম্ব য়াত্রমাল্লে "চেং কদায়দগী কোৎলুনি"।

মহৌশানা য়াইমদি ময়াম্বরু কিজৈ। হিক হিক লাওনা কপতুমা ফমু দ চংখরে। তলতুফাওবা চাখিদ্রবনি। মহাকী দাবী অরেম্ব তারবদ। রন্ধরা অগদি ঐগী ইফমদ পেন্দবা কোংদোক-লম্লবনি। ঐগী থম্মোয়দদি কল্লবা নোংলৈ মুংশিৎ অমত্তুংনা চুম্ব লাকনরকই।

ফনা য়াম্মা থেংলম্লগনি। অঙাংশিং লোইন তুমখরে। থোংদু হাংদোক্লকই। মখোয় বাজীনি। ময়োম মচা অমত্তুং মথুত্তা য়াওরকই।

"অঙাংশিং তুং্ত্রবরা"?

"তুমখরে, য়াইমদু তলফাওবা চাখিদবে; চাক চাগে হায়-জুনা কপ্পমথৈ কপলম্লগা তুমগ্রবান। কারমো ময়োমদুদি?"

"চেংনি, ওয়াংগী হাজিরাগা কোম্লনা পৈশা ফংলকই। চাক থরদং থোংগদ্রা?"

"থোংলগুমসি। অঙাংশিং অসে তুমগ্রসনু। হয়েং অযুক ঙস্তানা থোংলসি।"

তল থবদু লানশিল্লে। মুমিৎ চুপ্পা অমা থবক শুরগা কংলবা তল থর শায়রিবদু ঐহাক য়েংবা ঙম্লক্তরে। কয়াদ তোনগ্রবা ঐথোয়গী পুন্সিনো? মফম থংদ্রবা রাখল কয়ামুক্ত মীত্তুগী পী অসি লিংবা ঙমদ্রবনি। অম্মম কপ্পা নত্তনা উপায়াদ করি লৈ।

"কপলীবরা ইবেন্ধাল, করি তোরে।"

"পুন্সি চুপ্পা অম্ম অম্মম্মক লেল্লগদবা?" ঐহাক থংহৌ-দনা থম্মোয়গী অশোনবদু ফোংদোকখরে। ইতোমত্তা থাম্মায়দ অমুক নিঙা তোজরকই। পী রানা থাম্লে। অতুবু মাগী চিন্দগী

রাহৈ অমত্ত থোক্লক্লয়ে। মতুংগী মতুং শাংলবা থর অমত্তুং হোনবগী মথোন তারকই। থম্মোয় অসি তনিকই। মাগী মায়থোংদ চিংন য়েংলুরি। অমুবা লৈচিনগী মপৈ অমত্তং থাংলকপগুম তৌরি। ঐহাক কুইন য়েংহুনা লৈরে। রাহৈ অমত্তনসু অমুক অচিকপক্ক থুগাইক্লদরে।

নিন্দুং মতুংগী থা অত্থ কন রাংন কারক্লমালে! কক্লাংগী অহোবদ থাবলগী মঙালনা ফাওজিল্লক্লমা লময়াইদ তাররি। ঐহাক্তি মীৎ ককলা অমত্তসু উয়শিনবা য়াত্রবনি। নোংয়ায়দি শোয়দনা য়োরক্লগনি।

"মহোয় বাক্তি ....।"

"করিনো —" মহাকসু ওসাই মথৈ তুক্লগত্রিমাল্লে।

"অত্থবুরো" .... ঐহাক মথা তাবা ঙমদরে। অদুবু ঐহাক য়াম্না রান হোদোক্লে "ঐহ ক্ল হায়রিবসে নহাক য়াদবা তৌগনু। ইমুং অসে মী পংয় ম য়াম্ব নত্তে। অত্থবু অঙাংশিংসি মহৈ তংহুনবদ মনিং থুংহনবদি লায়রদন চাবা ফাওবা মপূক থলহনবা ঙমত্রবনি। ঐসু পৈশা থরদং থোক্লবদি ইমুংসিগী অরাবা অসে থরদং ওইরবসু কোকনি। অদুনা ঐহাক তঙায়ফদনা হাক্তিরা শুবসে য়াওগে হায়না খল্লে।" ঐহাক ওহাক্তং তুমিন্ন লৈরম্মী। হন্দকসু করিগুম্বা রাহৈ অমত্ত হায়রক্লে, অত্থবু ঐনা মথা তারকই।

"ইঙ্জং য়েংবগী মতুং ইচাশিংগী য়ায়কনবা থননা কৈ। ঐত নত্তে, ঐগুম্ন লায়রবী মুপী কয়া সড়ক শেম্বা, য়ুমশাবা য়াওরি। মসিদ ইকায়নিংঙাই করিনু লৈতে। অদুন ঐন হায়জরিবসে য়াদবা তৌবিগনু। হয়েং ইচে চান্দলীগা উন্নরুগে। মথোয়গীদ য়াও হায়ন মহাকন হায়রম্বনি। করি হায়বগে?"

"নঙন থোক্লপ তৌরো।"

পাওখুমসিন ঐগী থম্মোয়দ মুংঙাইবগী ইথক্ক অমম্ভ্‌না য়্রৈরে। লময়াইদ তারম্ব থাবলগী মঙাল মাংলমলে। ফক্লাংগী অহোবদ ভশেংলবা অভিয়াগী থৱানমিচাকশিং ফম কুইব ক্বাওব য়েংল্লুরি।

অপুম্ম ঐহাক ইচে চান্দনিগা ঙসিগা থান মুমিৎ ভরুকনী য়োমসে "গোডাওন" শাবা য়াওরক্লি। অযুক চাক চায়গ থোরকই নোংমগী ওইনা পৈশা ফংবম্ম য়াওই। নত্রগা মুমিৎ মীনি হুমনিগী ওইনস্ত —। ঐহাক লাকপদা মঙাইরি। ইচে চান্দনিনা হায়-রকই। "ইবেঙ্কল মঙব্‌ বাবুনা কৌরি।"

"করিগীনেগে ইচে —?"

"পৈশাগী ওইরম্ব য়াই" বাবু হায়রিবসে গোডাওন অসিগী ঠীকাদারল্লনি। মশা নোই। কুচু হায়ফেৎ মুই। পৈশা য়েম্মোক য়েনশিনগী থবক অসি মহাকন অদুমক তৌই। ঐহাক বাবুগীদ চৎলে। মহাককী শংদি তোঙাম্না থাপন শাই। পৈশা য়েনকম্‌ কাদ চংলে। বাবুদি লৈবমদ্রে। হিশাবগী বয় টেবলদা তাদুনা লৈরি। ঐন হেক চংলকপগা থংনবা ফক্লোংনা থায়দোক্লবা কাদগী হায়রকই— 'সিদ চংলকউ।'

বাবুগী খোঙ্গেলনি। ঐন পর্দা হায়দোক্লুনা চংলুবদদি নাম্ন থারবা হিদান অমগী মথক্তা বাবু কমতুনা লৈরম্মী। লুথুম ওই-রপন মখোং নেম্বা টেবল মচা অদুগী মথক্তা অহাংবা চুথেক নাইবা লিক্লি অমগা গ্লাস অমগম্ভ তাদুনা লৈরি।

"কমমুনে গোড়াসিদ — মাগী মমাংদ থারিব মোড়াদ খুদোল্বী থিন্দুন হায়রকই।

"কমত্রবস্ত য়াগনি তাকপীগদবা অতুম তাকপীয়ু," "পৈশা পানসি হায়গে তৌবনি" মহাকী রাঙাং অম্ভদা মোড়াতুদ তপন ফাথরে। ফম কুইরক্বাওবা রা অমত্তা হোদোক্লক্তরে। ঐহাক

হৈনদবী হায়বত্থু থম থেংলে। চৎনিংবনস্থু লোয়রে। অদুবু করম্না দি হৌগৎতুনা চৎকনি ?

অওইবমকস্তু, ঐহাক অদুম্ম তৌবককনি হায়বদি কনানা থংলুনি ? ইশা কঞ্জনবগী মতম ফংহৌরবনি। কয়াদ তুকচঞ্জবা ? ঐহাক গীগী পী অসি খিংবা ঙমজ্রবনি।

'মশাক অদুক ফজরগা কপ্প পকচদে', মহাক্না হায়রকই। থুন হোনবা অশাবা সুংশাস্বরন ঐগী মায়দ য়ৈরে।

'নঙগী পৈশা-সে—' নোট চবুল অমা মাংদ থাদরকই। ঐহাক হম্নফাওবা য়েংলমদনা থোরকলে। লায়রৈ হায়দুনা ঐহাকপু কয়াদ উশিংথীন্দ্রিবা ? অসিদং খললুবদ মীত্তগী পীনা অতৎ অথম লৈতনা শিস্থুরক্লে। থম্মোয়দ ইতোমতা রাশকচরকই— "অমুক হম্ন হাজিরা শুবা চৎলরোই।" শংলোমদগী খোংথাঙ কম থাংলকই।

## মসিনদুম ফরে

ঐস্মু তোয়ন খল্লি অনএগপ্লোয়গেণ্টকী প্রোব্লেম। করপ সন ব্রাইব। মনম নমথিরবা, পুমলবা সমাজসে করম্ম শেংদোককদগে। ঐস্মু তোয়ন লাওই সমাজ অসে হিংবদ গতিক চারক্লে। কদায়দনো লাইফভেলু?? চেঞ্জ অমা দরকাব ওইরে। অকনবা রিভোলুসন। অসিনচিংবা। হোটেলদ, ফুটপাঠতা, খবর য়োনফমদ ইমান্নবা অমনিদং তিনবদ ঐগী মত। অশাংবা বক্তৃতা। মায়হিং কারবা সমাজদ মীংশেল অগম্ভংদি খিনগে। অদুগী মতুংদ অওনবা।

এম, এ পাস তৌবা চহি অমা পুরা ফ রে। অনএমপ্লোয মেণ্টকী লিষ্টত হোজিক ফাওবা ঐগী মীং য়াওরি। মীৎাল নামা য়েংই খবরগী এডভরতাইজমেণ্ট কলম। ইণ্টরভিযু কয়া-মস্থু য়াওরে। যুমদগী ক্বাকনা লাকনা খোঙই। ইণ্টবভিযু তৌ-ফমদ ইমান্নবনা হায় 'তোম্বীনা এপোইগেণ্ট ওরদর পায়দুনা লৌহৌরে। লুপা লিশিং অমা .... ....।' য়াম্না চোকথনা হল্লকই। থম্মোয়দদি খল্লি অকোংবা ব্রাইবপু করম্না চেলেঞ্জ তৌগদগে? থবক ফংদসনু অচুম্বগী দগক্তদি ফাইট তৌগনি।

নহারোলগী মীটিং য়াওরুবদগী খর থেংগ্রে। ফমুংদ হিপপা।

ঐগী কাদা। রাখল অসিসু মখোং য়াংনা চৎলি। ঐনা পিরা বক্তৃতা নিংশিংই। অদুদগী রেপিং। থম্মোয়দ খল্লি মহারোলগী মরক্ত ঐগী 'ভোইস' অমদি লৈরেদন ঐগা মত মান্নবা মহা-রোল খর লৈরবদি সমাজগী অমোৎপা শেংদোকপা ওমগনি।

'ইবুংঙোগচা, চাক চাবরোদনা।' ঐগী মঙ কায়রে। ইমানি। চাকশংদ চংলে। ইচন নোনিতা ইনাওমুপা লোলি চাকলুক মপান্দ ফয়ন্মী। পাবুংদি হঙ্গল্লকলমদ্রি। মতম খর রাৎলি। শেল মচা মচা খোকপা য়াবা থবক থীবা চৎলগগনি। মতুমক্তনা ঐবু এগ, এ য়োহল্লকলীবনি। চাক চানা চানা ইমানা হোৎদোরকই—

'যুল্লাম বিজয়দি ঐখোয় মনিংগী কলেজ অসিগী ওঝা ওইখরে। মীদি থবক হেক্ত ফংই— লাইরিক ফবনরা করিননো খংদে।'

'মীদি সঙ্গ লৈবা অদুনেনে'

'নঙন্সু অচৌ অশাংশিং খর খর খংন চান্নবা হোৎনৌ-দনা?' মসিন চাকথুংদদ লৈবা ইমাগী রানি। চাক থোংবগী অক্তমক খোৎপ ইমানা চৎলিবা সমাজগী হিসাব অসে করম্ খোৎপ ওমগনি। ঐহাক পাওথুম অমত্ত পিরুদে। নোন্সিতা, লোলি হোগৎথরে। ইমানা মখাদা তারকই—'য়েংউ নোনিতাসু চাওরক'ল, মপুংফাররবী লৈশাবী হায়বতু ওইরবনি সনা লুপাসক শিহনবা ওমদ্রবসু মফিমবোল তদি খর ফজনা থম্বীবা চুমলবনি। অদুবু নোংগগী চানবা হোৎনবদ অঙাংশিং অসি মনিং অমত্তসু থুংহনবা ওমদ্রে।'

ইমাগী রাখল ঐহাক খংই। ঐগীসু দায়িত্ব লৈরে হায়বসে খংহন্নীংই। চুমই ইমুং অসিগী পুন্সি অশাবা ঙারেং চৈনা কক কক থিনবা হোরকলে। মখোয় পুম্বগী আশা ঐঙোন্দনি।

কমুংদ লোংনা হিপলগা লৈক্রক চৎলবা পুন্সি অসে হঙ্গৎনা

ফাককৎলুরি। অমুকসু থল্লি অমগা অমগা শমজিন্নবা য়াগ্রবা পুন্সিসিনা ঐবু করিগী চিংশিল্লিবা। ঙসিদি ঐন থেংনখিবা কন্দীস্কগী অশাবা মচুতমা থল্লবা কেনভাসকী অর্থ থংলকলবগুম তৌরে। ঙাংশং ঙাংলবা, গৈবুলগুম্নবা কেনভাস অদু। পুন্সিগী অর্থ অমত্তসু লৈতরে। সমাজসে মশকথিরে। য়েংবদ তুকচ্চরে। অদুবু ইমানা ঙসিদি ঐগোন্দ দায়িত্ব অমা শিন্নরে। চাক চাক-লুক অমগীদমক। চাকলুক অমগীদমক।

অয়ুক য়াহৌরকপগ ফী শেৎচিল্লে। সাইকল ইম্থোরকপদা মঙাইরি পাবুংন হাইরকই—

'সুপামচা, ইন্ডকেসনগী ক্লার্ক অমা হাপকদৌরি হায়রি নংসু থর য়ানোমশিল্লুদনা—?' ঐসু দরখাস্ত মচা অগত্তুংদি থাগে থল্লম্বনি।

'ফংদৌববু মান্দেনে—' ঐন শোনবোই করিওই হায়রুরি।

'ঐস্মু ঙারাংদো ইবোতোম্বী উন্নরুবনি, মান্নদি হোৎনগে হায়রকই।'

ঐহাক থঙই ইবোতোম্বী হায়রীবসে ডাইরেক্তরগী মরিমতানি। মহাক্ত থবক হাপখিবা ফন য়ান্নে। অফোঙবা ত্রাইব।

'দুবু ঐহাক রা অমত্তা হায়রুদবে।

তুমিন্ন অদুমক পৌদোরক্নে। তমথিরবা লায়না অসি অম্লুক মথোং য়াংনা শন্দোরকলিবা করিগীনো? ঐগী ইমুং মক্তদস্মু য়োশলকলে।

লম্বীদ থাইনগী মরুপ মপাং কয়া উন্নে। হৌজিক্তি তলব চাগ্রবা। মঙক ইল্লম্বী। য়াম্না তন্ন। কনামনা উশিন্নদনা চৎখি। ঐবু উশিৎলমলোই। থবক ফংদবা এম, এ নি হায়রমগনি। অহাংবদ ইতোমত নোকখি। তুমিন্ন।

কৈশামপাৎকী বস পার্কিং য়োম্নকপদ ভুংলোমদগী ঐবু

কৌরকই। হৃম য়েংলুবদ সমরেন্দ্র ওইরম্মী। অঙাং ওইরিবৈদগী লাইরিক তম্মীনরকপা। বি, এ পাস তৌবগা ক্লার্ক ওইপ্রবনি। হৌজিক্তি হেড ক্লার্ক কাখরে। ফন কুইরে থবক তৌখিবা।

"চা থকমীন খ'স, ঙায়খোনে?"

ঐম্ব গাগা ৱারি শান্নরীংই। অনৌবা ক্লার্কনা পোষ্টসিগী মরমদ থর খংলম্লি য়াই। কৈশামপাৎকী হোতেলদ চংমীনরে। ৱারি শান্নে। অহানবদ পাকিস্তান ৱারগী মরমদ। আর্মিগী জেনো-সাইড। তমথীবা মীহাৎ। ও। মশিং লাকণমত্রবা নহায়োল কয়াগী ঙাংশং ঙাংলবা ঈনা মুঙগী ৱান্ডদা ৱারি কয়া ইরম্মী। ভুজুংলবা। মীৎকুপ থরতনি মেচৌমগনগী মজলদ মৈ ওইন চাক-খিবা। অদুগী মতুংদ অঙাংবা মচুনা চাবাক চাবাক মৈশিনখিরী। তমথীবা কেনভাস! মীওইবগী মমল লৈখিদে। পুন্সিগী মমল।

অশাবা চা অদু অমুক্তং চুপ্লগা মহাক্ক কদোমদগীনো খংহৌ-দনা হংলকই — "নহাক হৌজিক কাওবা থবক তৌভ্রিনা" অমত্তংদি তৌদনা?"

মহাক্কী ৱাঙাংদুদ নোকনীংব ফাওবম্মী। কয়াদ কোম্ম হায়গ্রবা। মহাকপু থেংনরম্নোইদবনে 'অনএমপ্লোয়মেণ্ট প্রোব্লেম'।

'সমরেন্দ্র ভাই, থবকপু পাক শাক ফংবরনে?'

'ফংমনবা থিরবদি ফংইদনা।' মহাক্ক নোক্তুনা মখা তাবকই

'থবক থুন্থি লানবননে।'

মহাক্কী ৱাঙাংগী অর্থ ঐহাক খংই। ঐন ইশেং শেংনা হংলম্মী।

'নহাক্ক হায়রিবসে শেল পিজবগী ৱানিনে।'

'ভাই, মদুমকনী। হৌজিক্তি ত্রাইব, করপসম য়াওত্রবদি য়াদ্রে। অথুম্ব ৱাহৈ দরকার ওই। ফ্লেটটর —। সমাজশিবু মশক মুম্ম খংবা চুম্মী। 'সরভাইবেল ওফ দি ফিটেস, ইলি-মিনেসন ওফ অনফিদ' ডালটনগী থিওরি অসি নিংশিংবা

তাবনি। অদুগা হিংবা তারবদি লমাজসিগী য়াওল মরক্তা ঐসু য়াওশিনবা তাই।'

মশিন মশা লারবা, পুমলপা মীগী রাখললি। মীওইবগী আদর্শ নত্তে। লুখাক কোমদ চংশি। হিংবগীদি মশিন মকয়ে। কম্মাদ তুকচচপ্রবা রাখললে।

'সমরেন্দ্র ঐগী মত্তি, সমাজসে অনৌবা অওনবা অম মহা-য়োল ঐখোয়না পুরকপ চুমমাল্লে খল্লি। অদুগা হোৎনরবসু ওনগনি।

ঐহাক মথা কয়ামুক তাগে খনবনি। অদুবু মহাক মরক থৎখয়ে। "চুম্মীনে, ঐসু সমাজসে অহোংবা অম দরকার ওইরে খংজিনে। মীসি য়াম্না লাম্নয়ে। পুন্সিসি য়াম্না ককথোক ককশিন তোরে হায়বা ঐ খংই। 'দুবু নং ঐন ফুট পাঠতা কাংজেবুংদ হোত্তেলদ লাওরগা সমাজ অসে অহোওব পুরকপা ঙমগদ্রা? মহাক অমুক্তং খল্লু ঐগী মত্তি মসে মতমনা পুরকপা কল্লবা সুংশিৎনি অদুগা অমুক মসি খংহোদনা নেমথখিগনি। নং ঐন লাওবগী কাম্নবা লৈতে। মীওইবগী সোসাইটিগী ইতিহাস অসে হুনৎনা অমুক্তং য়েংউ অওনবা অমা তত্তনা থেংনগনি। ঙসিগী সমাজ ফিউচরদদি অওনবনি। মতমগী কল্লবা চেফু মরক্ত তাশিন্দুন লাকপা। লঙমা "সদন চেঞ্জ" অমা পুরকপা ঙমলোই। চেঞ্জ অমা হায়বসে চাহ কয়ানি। তপ্ন তপ্ন মরাইনা লাকচগনি। মী খুদিংগী রাখল অসে চেচুরিত্তী ওইবা মতাং অমা লাকখিগনি মচু ফাওবা ঙাইবা তাই।"

ইবাম্মি মরৈ কয়াম য়েৎনয়ে। ফলদি ইতা তাবা ঙমদবা। রাজর্ডগী পোলিটিকসকী চেনা কয়া হায়দোকনরবনি। ইকানদি ক মদবদ।

ইরোই লোয়বদ মোক্তুনা মহাক হায়রকই —

'ঐহাক অহানবদগি ক্লার্ক ওইরম্লীদনা হৌজিক্তি ঐহাক "হেড" হায়বা অমা মমাংদ লপ্লে। হৌজিকসু প্রোমোসনগী চান্স লৈ। মরমদি ঐহাক খংজি সমাজসে করম শাজৎ চৎক-দগে হায়বা। ঐহাক শিমক্তি শিররোইদনা।' ঐহাক খম্মুদরে।

থবক চৎকে তোরম্ব তোক্লে। য়ুমদ চুমত্রিং হল্লক্লে। লম্বীদ খল্লি। সমরেন্দ্রগুপ্ত মী কয়াম লৈরমগদগে? সমরেন্দ্রগুপ্ত ঙাক্ত-রনে। খংদে। ঐশু হিংবদি দরকার ওইব নত্তরনে? সমাজ অসিন ঐবু নমথাক তোরিবা করিগীনো? ইহে, ইকাওবু কাওই ক্লাকক্ৰী রাঙ্কসু হংলক্লে।

য়ুমদ নোনিতাগা ইমাগা রারী শারম্মী। পৈশাগী রা ওই-রমাল্লে। অং পৈশাগী রানি। ইমাগী সেন্সাওদ প্রোভিজন লৈতরে। অসিতনি। পুন্সিগী করবারদ শেল পুথরবা। নোনিতাগী বিল ইমানা মরা লৌথিদরমাল্লে।

ইমাখোয়গী অশাবা মুংশিং মরক্ত ঐহাক কয়ূদরে। ঐগী কাদ তুমিন চংজরে। সমরেন্দ্রগী অকোনবগী রাইহুতু নিংশিংই। 'ঐহাক শিমক্তী শিররোইদনা।' শিদনবা হিংবা। পহিং মহিংবা?

'কগদোবিরক্লবগে?'

'পরি অমত্তং লৈরিবসি লৌরাক অমদি য়োনবা তারেদনা' ইমাগা পাবুংগনি। 'হুইদ্রোমগী তাইঙো বিরহরিদা ঙাংনরম্লে।'

'কয়াদ ওইরবনো।'

'অহুমদ — '

"ইবোতোম্বীনা কয়া হায়রিবা?"

"লিশিং অমা চামঙা!"

ঐহাক জ্ঞান খংতা তারকই। পুন্সিসি মঙগুম থল্লকই। অদুগা কয়াদসু তুকচ্চগ্রবনো? ফুটপাঠতা, হোতেলদ, থবক ফংদবা

নহারোলগী মীতিন্দ ওাংখিবা ঐগী বক্তৃতা। ড্রাইব, করপসনবু চেলেঞ্জ তৌখিবা। হৌজিক্তি মথোং কয়াদ তকখিরবা।

"পাবুঙ শেল অমুক য়াম্নসে করিগী পিজগদৌরিবনো। ইজ্জৎ মাংবা। থবক ফংদ্রবমু তোকথোকসি।"

"ইজ্জৎ ওাক্তনা লৈগে। নপা হনুবা ঐবু মুম থাক্তনা লৈয়্ু সিনিনে —? 'ঐবু কয়া কুইনা শুগগে হায়রিবনো?

পাবুঙতু শাওনিংলমাল্লে। ঐহাক ইকায়বমু ফাওরকই। ইগাম্নু ঐঙোন্দ ওাংঙকই — "শেল থর লৌজখিসমু, নখোয়গী তুংগী লমবী অমদি শেম্মীরম্রেদনা? নোনিন্তা লোলি মখোয়গী থর খল্লু।"

ঐহাক তুগিম্ন লৈরে। পূন্সিসি তুগিম্ন লৈফমমু থোক্লমাল্লে। পাবুঙগী য়াম্নু কয়াদ অর্থ লৈম্রবা। পাট্রা মুংদা পায়রগা অমুক থোকখরে। ইন খোংনবা ওইরিগনি। চাকক চাখিদ্রে।

ওসিদি কেরানী মচা অমা ওইব ফংলে। বাজারদ মুমীৎ খুদিংগী সন্ধ্যাদ হায়গৎলি। নহারোল থবক ফংদবা কয়া খবর য়োমফমদা, সিনেমা হোল মমাংদ লেপনহৌই। ফলপ ফলপ ঐবু য়েংনহৌই। থরমমা নোকপমু য়াওহোই। ঐহাকপু করি খনলমগনি। খংদে। অত্তবু অনএমপ্লোইমেণ্ট প্রোব্লেমদদি য়াওদরে। শিবমক্তি শিররোই। মুম পংহীং মাহুংবা! উপায় অমনবু ওইরবমু। অমনবু ওইরবমু। মসিনদুম ফবে।

## উনথাক নংলবী

দার্জিলিং অদু উন্ন বুপলম্লগনি। উন্ন কুপলম্লগনি। ঙৌরবা উন মরক্ত সিলিয়াননা মাগী ফ্লোইডপু মরেঙবান্দ শোদুনা মখোংনা চৎলমগনি। ইংলবা দার্জিলিংগী মুংশিৎ মরক্ত হুমাং মরিক মরিক কাদুনমনু মোকফেৎ তৌরম-গনি। মাগী মমিৎশিংদ হরাও তয়াম্বগী মগি তারমগনি। অসুম্ন অযুক খুদিংগী টাইগর হিলসভ হিমালয় য়েংবা লাকলমগনি। হিমালয়দ মুমিৎ থোরকপা। অঙৌবা চিংশাং পরেংশিংদ অঙাংব মঙাল ঙৈরবা। ক্রিমসন লেক্ কঞ্জগজুঙ্গাগী চিংদোনদ ক্রিমসন লেক্ ....। ফজরবা মুমিৎ মঙাল ....

"।সিলি —, নহাক য়াম্না রারে?"

"ফ্লোইড — ঐহাক নঙবু মুংশি —"

"মতুন নঙবু রাহল্লে" — হায়ন হায়ক মাগী মরাইবক অদুনা সিলিয়ানগী লাইবক্ত তপ্ন ঙাথরমগনি। অশাংবা স্বর অনিনা তিন্নরমগনি। অদুদগী ফ্লোইডকী মথানুংদ চেৎন কোল্লমগনি। মীত্ত পীগী ঈরা হোরমগনি। পীগী ঈরা .... মুংশিবগী পী।

অসুম্ন চীংমায় কয়াশিংদ, চা বাগান্দ, সেনচলগী লেক্ত মুমিদাং রাইরমদসু চৎলমগনি। মশাগী অরাপ্পতু চৈস্তুদ মত্রগা সিলিয়ানদ শোরজুনা উন তাদবা চীংমায়শিংদসু মখোয়না চিংনা

য়েংলমগনি। চিংন .... রা অমস্তম্ভ ভাংদনা .... ।

"চা থকপীয় — "

সিলিয়ান্নি। মাংদ থিল্লিবা হাংলবা কপ অনিদ টি-পোত্তগী চা হৈথরকই। দার্জিজলিংগী চা ••• মনম মুংশিরবা ....।

"খুবলৈ .... খুবলৈ সিবোন ...."

সিলিয়ান্ন নোককেৎ তৌরম্মী। মনিল কারবা চা অদু অমুক অনিরক্তুং চিংবা লাকনরুরী। এৈম অমুক তপন হংলুরি —

"ক্লোইড মুণ্ডায় য়ায়ফরিদনা,"।

"পুন্সি অসি মহাও য়াওত্রবসু হিংনিংই .... হিংলিবমথৈ মুণ্ডায়গনি, ডোক্তর" মাগী মমিৎশিংত্থ সিলিয়ান্দ য়েংলুন্নি। সিলি-য়ানস্থ ....। মমিৎশি°ত্থদ মুংশিবগী মমি তারি। অদুদগী মহাক্লা মথা তারকই "এৈগী সিলিয়ানগীদমক এৈহাক হিংনিংই।"

"মত্থম্ন হায়গস্থ ক্লোইড" সিলিয়ানন তপন হায়রকই — "রাঙাং অদুন এৈবু রাহলি।"

মথা তারকখিদ্রে। মীৎকুপ থরদং পুর্মচিক চিকলম্মী। গির্জ্জাদগী লাইশোল ঈশৈগা কোন্ননা অয়ুককী ইংলবা মুংশিৎন কা মনুংদ হুমজিল্লরে।

"সিলি, ভসিদ এৈবু গির্জ্জাদ পুররোইত্রা ?"

"শোয়দনা পুগনি, এৈহাক থৌরাং তৌরুরগে — "

থংনবা কাদ সিলিয়ান চৎখরে। ক্লোইড ইবানিদমক ভায়হোরে। মহাকন এৈত্তোন্দ য়াম্না শোন্থাংননা রারি শাবা হৌরকই —

"ডোক্তর, এৈহাক অমুক হুন্ন হোসপিতালদ এদমিত তৌবা তারমাল্লে ?"

"করিগী ? অমুক হেঙ্গিল্লবরা ?"

'উস' মহাক্ল য়াম্না চোকথনা পুমলকই।

মাগী মখোং ওইথংবস্থ পেরেলাইসিস তৌদুনা হোসপিতালদা য়াম্না

কুঁইন লৈরম্মী। মতম অদুদ ঐন ইহান হায় মখোয়গা শক থংনখি। কুইত্রি। থা অমরোমদমক মঙাইরি মহাকন হোস-পিতালদগী রিলিজ তৌখিবা।

"ঐহাক ডোক্তরগী এডভাইস খুদিংমক ইনবা ঙম্মী অদুবু অমথক্তংদি ইনবা ঙমদরে—" মহাক্ল ঙাহাক্তং লেপলুরগা মখা তারকই "ঐহাক সিলিয়ানবু মুংশি মীকুপ অমত্তম্ম মাবু ঐহাক থাদোকপা ঙমদরে।"

মশাগী রাঙাংদ মরাল লৈবা ফোংদোক্লি। তপ্ন লুকথ-খিরম্মী।

"ঐহাক সিলিয়ান্দ হায়গে?"

"হাযবীকুগম্ম মহাক ইকায়গনি, অদুগা ডোক্তর মহাক য়াওদবা মীকুপ অদুদি লৈনম চেনদবা পূন্সিনি।"

মখা তারকখিদরে। মসিৎ অদু খোংনাও ময়াদ শাৎলিবা লৈশিংদ য়েংবা হৌরকই। কা অত্ত পুমচিক চিকথরে। ঐহাকম্ম অমুক হন্ন অচিকপদু থুগাইকদরে। থোইন উ-রা হৌদবা দার্জ্জিলিংগী চীংমায়শিংদ খিরাক ফাওন য়েংথোকলুরি। হৌঞবা স্মৃতি কয়ানম্ম থমোয় অসে থল্লকই।

"ডোক্তর" ঐহাক ঙফাওনবম্মী। মহাক্ল অচিকপদু থুগাই-দুনা হায়রকই— "ডোক্তর, ঐহাক হিংবগী অর্থ থংদে। ঐন থংবা হায়ববু সিলিদগী ঐহাক মপান নাইত্রবা মুংশিবা কংই মসিদি পূন্সি। মসিদগী হেনবা ঐহাক পূন্সিগী অর্থ থংদে।

মসিনি ক্লোইডকী রাওাং মতমপুম্বদ চমম্নবা রাহৈ কয়া। ঐগী সরিরবিজ্ঞান্দ মুংশিবগী মতাংসিমদি তমলক্তে। করম্ব হকচাংগী লু-তোংদ লায়ম অসে পকলীবা?

"পূন্সিগী দাবী অসে মুংশিবত্রা ক্লোইড?" ঐন ঐগী মত অমত্তং পীরুরী।

'পুন্সি অমসুং সুংশিবা ঐগী ইকমদদি অমত্তনি' মথা তারকখিদ্রে। ঐহাকস্তু অমুক হন্ন য়েৎলুদরে। দর্শনিক শাস্ত্রগী লমায় কয়া অমুক হন্ন ফাক্কৎপা হোৎনরুরী। অদুবু চমন্নরে।

" লেঙথোকলসি ডোক্তর "

সিলিয়ানবা মাকন্দ লেপ্তুনা লৈরম্মী। অঙৌবা সাড়ী সেৎলী, খাসিয়াগী ফিজোল কৈদৌস্তুংদস্তু সিলিয়ান্দি শেৎতে। ঙসাই মখৈ কাওথোকলুরবা চা অদু অমুক্তং চুপলুরি অন্নুবু ইংলয়ে। এহাক থকলুদরে।

পাও অদুমত্তং তাকলমত্রবদি ইন্নুং সুংঙাইন্নরোই হায়-দুনা মুগিৎ অদুদস্তু চৎলুবনি। মখোয়দ চংলুদবা কুইরে। ঐনা কাটরদ থুংলুবদদি খোং অদু লোন্দুনা লৈরম্মী। অযুক অসিদবু কদায়দ অমুক চৎনখ্রিবা ?

ঐস্তু পরপ পরপ থোঙাললোমদ থোরক্লে। অদুবু সিলি-য়ান্দ শোরদুনা মঙম ইশান শান্দনা ক্লোইডনা লাকলিবদু উবে। ক্লোইডকী মমাই অদু তায়কেৎ তাইরে। মখোঙ অদুস্ত্র হেঞ্জিল্ল বগুম তৌরে। ঐহাক উবদ লোক্তুনা মখুৎ লোম্নরকই —

" ডোক্তর কদোমদগীনো ? "

" নখোয়বু উন্নবা লাকপনি " য়োরকপদ মঙায়রল্লী।

" কঙ্কলজুঙ্গাগী চীংদোন য়েংলুবনি অদুদা ঘুমগী মোনাষ্ট্রীদা চংলুবদ থেংদোকখরে।

থন্মোয়দ খল্লকই। ঘুমগী মোনাষ্ট্রিদদি মহাক্তি কবিগী চৎ-লুরীবা। লোংমস্তু অস্তুয় ডিরধমগী লাইশঙগী মরমদ রারি শাখি। মহাক্তী মখোঙ অদু হেক ফবমা রাংলবা ডিরধমগী মন্দিরদ চৎকনি।

" নশাদু ময়েং তানা উরে। "

" অদুবু পুকনীংদি সুংঙাইবা তেঙ্গৎলকই ডোক্তর "

'য়ারিবমখৈ পোথাবা কৈ ক্লোইড'

'ঐহাক মতম পুম্নদ পোথাই, কুইরবগী তুংদ ঐহাক য়ুমগী মোনাষ্টিদা ভগবান বুদ্ধগী দর্শন ওসি তৌরুই পুকমিং অসে কয়াদ ইংশ্রবা ?'

'হোসপিতালদ এডমিত তৌরক্রবদি কৈদৌরে ?'

'দার্জিলিংগী মকম খুদিংন ঐগী হোসপিতাল ওইহল্লে, নিংতম্ম মকম খুদিং চৎপা ফংলিবসে কয়াদ থম্মোয়সে নুঙাইশ্রবা। সিলিগা ঐগা চা বাগান কয়াদ সেনচলগী লেঙ্ক অয়ুক খুদিংগী টাইগর হিলসত (ওবজারভেতোরি হিল) চৎপসিন তশেংন ঐবু লায়েংহল্লি।'

মহাক্ত ঙাইহাক্কুং লেপলুরা মখা তারকই — 'ডোক্তর, অয়ুক খুদিংগী কঞ্চনজুঙ্গাগী চীংদোন য়েংলগা পোথাই অদুবু অরাবা অমত্তংদি পোকই ঐহাক কঞ্চনজুঙ্গাগী চীংদোন .... চীংদোন অদুদ ঐহাক লৈনিংই .... অঙৌবা উন মরক্ত অযুক্কী মেংলবা নুমিৎকী মশেক্লা য়ৈরবা ক্রিমসন লেক, অদুবু সি'লনা য়াদে।'

মাগী রাঙাংশিং অদু নৈশিনখিরম্মী। মাইথোংদু অমুক হেন্ন মকশিন্ন উথরে। ঐন সিলিয়ানগী মমিত্ত কপ্প য়েংলুরি। মিগী ঈরা হৌরগ্নে। রাঙাং অদুদ কয়াগী মতিক নুংশিবা ফোংদোকপা ? কয়াগী মতিক নিংবা কায়বগী মমি তাবা ? ঐহাক খংলকই।

'ঐহাকন্ন ট্রান্সফার তৌরে ওসিদগী হোসপিতালসি থাদোকলগনি।'

'করি লমদ ?'

'শিলিগুরিদ হয়েং জোইন তৌগদবনি। অদুনা ওসি চৎপা তারে।' ক্লোইডনা খ্বর শাংনা অমুক্তং হোম্বরকই।

"কমদৌনি ডোক্তর কায়নবা তারেদনা থম্মোয় অসে অমুক রাহল্লুবগী কান্নবা করি লৈ — লম্বী অমমমনি কৈদৌন্নুংদ চৎমিন্নবা য়ারোই।"

"ঐহাক নখোয়বু কৈদোঙ্গুংদ কাওবা ঙম্লোই ক্লোইড"

"ডোক্তর চা থকখিসি—" সিলিয়াম্নি।

'কৈ—' অরোইবা ওইন ঐহাকস্তু সিলিয়াম্না লোনবা চাদু থকনিংলুরি। হয়েংদগীদি অমুক থকপা ফংলয়োই।

"য়েংউ ডোক্তর, ঐন অঙাং ওইরীঙৈদগী লুনা তিম্নরকপা থাসিয়াগী চীংমায় অদু ঐন থাদোকলম্মী—, ঐন থল্লম্মী খাসিয়া জয়ন্তিয়াগী চীংমায়ন ঐগী পুন্সিনি অদুবু য়াম্না থুন কায়নখরে।"

মহাক্কী হোৎপ্রবা পুন্সি য়ারি নোহোম অমুক ফাকৎপ লাকনরুরী। মুংশিংবগী য়ারিদমক থেংনরকই। মুংশিংবগী। নোংম মহাক্ক সিলিয়ামনগীদমক মাগী থাসিয়াগী চীংমায়বু থাদোকলম্মী। দার্জিলিংদ অহল লমনগী অয়েৎপদু য়াওদন' চিক্ক মপুন্সি লোনখি।

'ডোক্তর' মহাক্ক য়াম্না চোকথন মথা তারকই—

'সিলিমা ঐগী নাকন্দ লেপলীবমখৈ জগৎ অপুম্বা কায়নখিসনু মতুদ ঐহাক করিমত্ত চিংনদরে।'

'মসিমক্কনি ঐন নখোয়বু কাওবা ঙমদ্রিবা।' থম্মোয়দ থল্লকই। চিন্দদি ফোংদোকলুদরে। খিবকিদ য়েংথোকলুরি। লৈমাংশিংদু ফুগাইনা শাৎলম্মী।

সিলিয়ামগী চা ঐহাক ফন কুইবফাও ঙায়রুরী।

নকপ্রবা মফমসিফাও ঐহাক নোংমত্ত মখোয়বু উম্নরুবা ঙমদরে। হৌজিক্কি দার্জিলিং অদু উম্ন কুপলয়গনি। অয়ুক্ক ক্লোইডনা গিজ্জাদ চৎলমগনি। য়াম্না চোকথনা ঘুংগী মোনাষ্ট্রিদম্মু। ঘুমগী মোনাষ্ট্রি।

খিরকি ময়াগী লৈশিংদু ঙসিদি হোরমদরে। নাপীতনা কুপলয়ে। ঐবু উবদ সিলিয়াম্না ওকলকই।

সিলিয়ামগী শকফম অদু য়াম্না হোঙলয়ে

" কদায়দ চৎকদৌরিবনো ? "

" যুমগী মোনাষ্ট্রিদা " ঙহাক্তং লেপলুরগা মখা তারকই—
' অদুদগী কঞ্চনজুঙ্গাগী চীংদোম ' ....।

" ক্লোইডতি — '

হন্দাক্তি সিলিয়ানদু পাওখুম পাক পিরক্তে। মসিৎ অদু এইঙোন্দ
অমুক্তং য়েংখৎলকই। মশক অদু তায়ফেৎ তায়রম্মী।

"ডোক্তরনা চৎপ্রবা মতুংদ হোসপিতালদ মতম খর লৈরম্মী।
অদুদগী মহাক্ত পাম্বা লম্বীদ মহাক চৎখরে।"

' অস্তুক থুন ' এইন মঙগুম হংলম্মী ' অস্তুক থুন — '
পাওখুম লাক্তরে। থম্মোয় অসে ইহাং হাংবগুম তৌরকই।
মহাক অস্তুক থুন চৎকনি হায়বসে এইহাক থাজরুদে। অদুবু
চৎখরে অমুক লাকলরোই। মহাক অমুক লাকলরোই।

" হুম, মহাক এইবু ঙায়রমলগনি এইহাক য়াওদনা মহাক
কৈদৌনুংদ চৎপ ঙমলয়োয় এইবু ঙায়রমলগনি কঞ্চনজুঙ্গাগী চীং-
দোম্দ কঞ্চনজুঙ্গাগী চীংদোম্দ . এই চৎলগে ডোক্তর। "

মহাক চৎখরে। চুম্মী ক্লোইডনা মাবু ঙায়রমলগনি। তফিং
তফিংন থোঙ্গাললোমদ থোকখিবদু এইহাক য়েংদুনা লৈহৌই।

' টুউদ ' ' টুউদ ' অমুক্তং য়াক্ত থোংলকই। এইবু পিরুবা
দার্জিলিংগী ট্রেন পুদুনা লাকলম্মী। খজাইদ তপ্ন মাক্তই পীগী
মরিক অমত্তং পক্রম্মী। খিরকী ফাওন য়েংথোকখিবদ মাংদ
উরক্লে শিলিগুরি ষ্টেসন।

## থম্মোই ইথিল

ঙসিদি কোক অসি হায়কেৎ ঙাওই। হুরাগাড়ী তোং-লকপদ ঙাওবা নত্তে। ঙসাই চাখিবা ক্বা অদুনা ওইবা তাই। ঐহাক ক্বা চাদব কুইরবনি। অদুবু ঙসিদি করি রাখল্দগী চাকরীবনো? থগুদে।

বাহেংবম লৈকাই পার্কিং য়েরে। অদুবু ফমফমদগী ফুক হেক হৌগৎকদৌবা অদু কিয়ে। করিগুম্বা তুখি লাকখিগদ্রা হায়না। হকচাং পুম্ব ছুগাং শোগৎলকই। মহাক চংলকই, সিট মথাদ ইনশিল্লিবা পোৎ চৈশিং অদু পুত্নুনা গাড়ীদগী কুমথখি।

ঙহাক লৈরগা ঈশিং গ্লাস অমা লানশিল্লকই। ঐনা য়েং-থৎলুবদ মহাক ওইরম্মী। নোকফেৎ তৌরম্মী। ঐ কোক ঙাওয়ে হায়বসে মহাকসু খংগালে। ঈশিং অদু লোয়ে। থোংনাওরোমদ কোক থিন্দোক্লুনা মাইমৎ তাথোক্লে। লরাইদসু খর য়ৈরে। কোক ঙাওবা অদু ফরক্লবগুম তৌই। মহাক্ল রা ঙাংবা হৌরকই—

"নহাক্লমথৈদি ঙাওদ্রগ ঙসিদি কৈদৌদুনা ঙাওরক্লিবনো?

"ঙসাই ক্বা চাশিল্লুরে অদুননি" মহাক খজিক্কুং নোকখি। ঐ নহানমথৈ ক্বা চাদে হায়বা মহাক থংই। ঐসু থংহৌদে চিন্নবান নাকচিদ হায়কেৎ নোকখিমাল্লে।

গাড়ীদগী কুমথমিয়রে। মাগী থেলা গাড়ী অহু ইনবা হৌরকই। ঐস্সু অহুম্মক চৎমিয়ে। রা মচেৎ অমত্তা থোইদোকপা ঙাংনদে। চেক থোং নম্বোম্বী য়োরে। ঐস্সু গাড়ী ইনথৎপ য়াওই।

"য়ানিদ" অমুকস্সু নোকফেৎ তৌখি।

"ঙাসদি পৈশা লৌবা তাই?" ঐন হায়রম্মী। থোইদোকপ পাওখুম লাক্তে, হায়ঙুম মরৈ।

ঐগী পোৎ য়োনফম য়োরে। পৈশা পি লুপা ৩/— লৌ হায়বা য়াদে। ঐস্সু শেঙ্গাওদ হাপচিল্লে।

"ফয়ে ফরে থাগী ওইন পীব হায়দু মঙায়রে।" ঐগী পোৎফমগী মমাংদ থারীবা ফাল অহুদ মহাক ফমই। কিহোম খোকই। লোই, চাহ। রামি শায়ে। মতৎ মতৎ। মহাক চৎখ্রে। নোকফেৎ তৌখি। ঐস্সু নোকখি।

নুমিদাংনি। পুং ফন য়াম্না তারম্মগনি। মাঙ্গোলগী উখোকতেনদ ফমহুনা থা য়েংলি। পুক্নিং নৌথোকপগুম তৌই। তরানিথোইহনী পানবা থা অহু ফন রাংন হায়গৎলক্লে। থোইন মনা পান্দবা মমাংগী উ মরুমদ থান থোকপহু য়েংবদ নুংশি। মুম য়েংই থাদ। হৌগ্রবা পুন্সি লমাইস্সু মতৎ মতৎ ফাক্কৎলুই। নিংশিংই — মতমন পুগ্রব থোদোক কয়া ....।

... ঐগী মীং ইবেমহল। লৈশারিঙৈদ শক ফজৈ হায়নৈ মীন। থোইন হেম্ম ঙৌবী কুচুদি নত্তে। মাই অসি শাংতক তৌই। মিংশেলদা য়েংবদ অহুম্মক ইশানা ফজৈ হায়না খঞ্জে। অহানব ওইন খাগেমপল্লিদ য়ুম পাল্লি। ঐগী নুপা অহু ময়াই ওইনা ইনাক খুনবা ইমুংনি। মতোমত পোকই। মশা অহু তনাপ তনাপ্পী। অহল লগনমা হায়নবনি। কোম্হুংদ খংলকই, তোনাল্লি। ঐঙোন্দ অহুক য়াম্না লুন তৌবগী মওং নৈতে। মহাও য়াওদবা য়ুম থুৎপান হায়বহনি। ইচা নুপা অম পোক্লব মতুং

চহি অমরোম লৈরগ মুপী অমা চেল্লক্লে। ঐসু শাওনিংবোই করিবোই ইপাগদ হল্লক্লে। মরক মরক্ত মখোয়গী মমাম কৌরে। চত্তে। মতুংদদি লাকখিদরে।

ঐহাক অমুক হন্না য়ুম পাংগে হায়না খনদয়ে; ইচা অন্তুগী য়েংদ্রুনা। ইমানে, ঐগী ইচানুপানে ঐনে ঐখোয় অক্তমদনি। ঐহাক থবক অমত্তা তৌদে, অদুবু হৌজিক্তি ইমাসু শোঞ্জিল্লক্লে কনান থাক্লনি; চেং মুস্তি অমগীদমক মীগী থোংজিন্দ লেপলুবদি ঐ লৈন লৈন ফজদবনিনা তত্তাই ফদনা লল্লোল্লী। নম্বোলদগী পোৎ লৌবা ইম্ফালদ থাবা। মসি'ন ঐগী করবার। মুশিৎ খুদিংগী। অযুক চাকওন চারগা থোরকপা।

হন্দক মবক্কী থম্মোয় অসে ইরা' অমা হোই। মফম খংদবা রাখল অমন তত্তুনা ওৎলি। থাবল মরক্ত ইথস্তুক্লে। মীৎতগী পী তাই। লোম কপ্প। হৌগ্রবা থোদোক কয়া নিংশিংই। তুংগীদমক্কসু মীৎ উইশিনবা লাক্লকই। তুংগী পূন্সি য়াম্না শাংলি করম্ন লেনগনি? খংদে।

ইথক চামলি। মীৎলমদ চেনশিল্লকই গাড়ীরালা। থেলা ইনবা। অহানবদ উখি চগোৎনব শকফম। অদুদগী মকা লাম্লক্লব মাইথোঙ হান্নদগী ফজথোকপা রাখললনর মীৎনব খংদে।

নিংশিংই করম্ন মাগী পূন্সি রারী নোংম খংহৌদ॰। লিরকখিবা। মাগী অরা নুংঙাইগী পূন্সিদ থম্মোই অসে ঙাইহাক্তং তিল্লুই। পৃথিবীগী উকুল মথক্ত লৈগৌনা মাগী খোঙ্গুল থিবা লাক্লকই।

"ঐ থোবালদগীনি, মিংনা ইবোপিশক। চহি অহুম শুরে নুপী লৈখিদবা ...।" শাংলবা রারী কয়াদ মীৎকী পীগ কোম্নন খোযজংন লিখিবা। থম্মোয় অসে তনিকই।

থা অদু ফম রাংন হায়গৎলমলে। মাঙোন্দ লৈরম্ব থাবল

মঙাল অদু তুলসিবুং য়োরগলে। অদুগ লোয়নন রাথল অসে মমথরকই। ফমুংদ, তপ্ন মিৎ উয়শিল্লি। য়াংলবা রাথল অদু অমুক চেমখরে। অমুক প্যুরক্লি স্মৃতি। 'মোমোম মীনোক,' রাঙাং খুদিংদ, মীৎয়েং খুদিংদ, মীৎকুপ খুদিংদ ফংলিবা অদুবু মমলদি কয়াদ য়ামগ্রবা! পৈশা মানা করিগী লোদ? করি মরি থোক্লে? ঐ খংদে, ঐ খংদে।

মথংগী মুগিত্ত—

নহানমথৈগুম্ন নম্বোলগী গাড়ী থারবগ মহাক চংলকই। পোং ময়াম গাড়ীদগী লৌথৈ, পুথৈ। ঙসিদি পোঙ য়াম্মী; য়ুমপোন্নবগী হয়েং নগুন থাংবগী লা মুনি। নম্বোলদগী লৌরকপ। পূঙ, ইল্ল, পোংফম তম্ন, মতং মতং রারী কয়া শামিন্নৈ। খোইজংন অর্থ লৈন। নোকফেং তৌই।

পোংকম য়োরে ঐন হায় "হোরেল পোং-চৈশিং অসি য়ুমদ খর প্যুথবীয়্" মহাক চৎখরে ফনা কুইকাওবা য়েংলুই। মফম খংদনা।

মুগিদাংরাইরম্নী মহাক লাক্লে মশা অদু তরু তনান উই। হংলকই— "কয়াম রাৎলি?"

"পোৎ খর লৈরকখিগে।" ঐ য়েঙ্গাং নাপী খর লৈব পোৎলক্ত চংলক্লে। মুগিৎ তাশিল্লকদোরে। নম্বোলদগী লা-শিং অদু থেলাদ হাপ্তুনা ইনলক্লে। শগোলবন্দ য়ুম তম্ন। লম্বীদ রারী কয়া শামিন্নৈ, মতং মতং। পম্বোয় অসে ইরাং লাংই, মফম খংদব ইথিন অমন য়ৈ।

"ভাদগী পুন্সিত্থম ঐদি পাগজৈ, পাঙ্গলন রান শুজরগ চাজবা ....। করম্ন, করম্ব রাথলদগী হায়দোকখিবমো খংহৌদে। মঙোন্দ হঙ্গৎন য়েংলুই, নোকফেং তৌরম্মী। মানা হায়রকই— "কদায়দগীনোদ থেলা ইনববু অরেম্ব থবক্লনে, গাড়ীরালা হায়রগা লোয়রেদনা।"

"ইশান ইশাবু তেংবাংজব, হিংনবা লম্বী থিজববু করিগী লেমদনি ; মীগী মপোৎ ছুবস্থু মত্তন?

থোইদোকপা মথা তারকতে। মোইরাংময়ুম লৈরক য়োবদ মুগিৎ তায়ে, হায়জিল্লে।

য়ুমদ ইমাস্থ অঙাংস্থ লৈরমদে; য়ুমলোম্নবগী অধিবাস য়াও-রমগনি। থাউমৈ চুখৎলে। ঐ ফমুং খুদাদ ফমন্থনা কিহোম থোকই। মানা নাকম ওইরপন মোড়াদ ফমই। অন্থবু থংহোদে লালটেন অদু মথুৎন লৈথখি।

মিংদোন হায়ফেৎ চোংই — খর ফুইন হোল্লি।

মথংগী অয়ুক্তা —

মুনিৎ খুদংগুম্ন মম্বোলদ চৎনব হোৎনরি। মাঙ্গোলদ ফমদুন শমচেৎ হাৎলি, মীংশেল য়েংই, ইতোমত নোকফেৎ তৌজে। পুক্কিং অসি নৌথোকই। ঐগী ঙোরুনব শা'তক তৌবা মাই অসে হান্নদগী ফজথোকপগুম তৌই। ফি শেৎলে, শুমাং নাকন্দ হৌবিব তখেল্লে অন্থ শমজিদ থেৎচিল্লি। চিন্দ ১য়েক থংদব ঈশৈ খর ঙংখি। কোম্বোংলোমদ তপ্প থোরকই।

## পলিগী নমথিবা মনম

চান্দনি থোবালদগীনি। য়ায়রিপোক্কগী য়ুম পাল্লকপা। মৌমহানি। মচা অনিতমক মঙাইরি। য়ুম পাল্লবদি পুন্সিগী লাল শোক্লবা তাই। নহা ওইরবস্থু। মসিনি চান্দনিগী রাখল। অহুন ইম্ফালদ মুমিৎ খুদিংগী কাহুনা ললোল্লি। মহুস্থ ঙরাং নহালতমক মঙাইগ্নি। মংলবস্থু অরাবগী মমি তাবা উদে। নোকমি নোকমিদা তৌই। মতম পুম্বদা। মুমিৎ খুদিংগী অরোইবা গাড়িদা হেক হেক তোংই। সন্ধ্যাদা য়ুমদ থুংলুনবা।

ঙসিদি পোৎচৈ থর লৈরিঙেদা। থেংদোকখরে। মুমিৎস্থ তাশিল্লক্কদৌরে। বস পার্কিংদা তফিং তফিংনা চান্দনি লাকই। ঠাকুড়বাড়ি পুখ্রিগী নাকন্দ। থোবালগী বস থাফম। গাড়িস্থ ইতাক তাকলম্মে। থোবাল চৎকদবা গাড়ি কোয়হং হংই। লৈরমদ্রে। চৌকিদারনা ঙসিগীদি গাড়ি লোয়খরে হায়রকই। চান্দনি ইপা পাখংলি। মগিস্তুগী মপিস্থ তারকই। মচিন্দ মুরুম মুরুম শোল্লি।

মী অমনিস্থ মতোহুদা মুংঙাইত্রহুনা হংবিরে। থরাই য়াওনা। মহুগী মন্নুংদা ঐঙ্গা ব্রজলালাস্থ য়াওরি। পার্কিং নাকনমক্কদ গলিদ লৈরিবা হোতেলক্কুগী মেনেজর। তোরগা মঙং নাইদনা মোই। বোল অকাম্বীদোনা।

"ইবেম্ম নঙবু করি লমদগীনোনে ?"

"থোবালদগীনি, অঙাং পিশক অময়ু লৈহৌরি, ঐবু কম-ছায়না তৌগদগেনে ?"

"হায়গুম্মদনা মুংঙাইখিদরেদ, অনকপদ খংনা চায়বগা লৈত্রো অহিংসিমা পম্মবা।"

"লৈতে —"

মোকমি মোকমিদ তৌব চান্দনিনি। অদুবু ঙসিদি মমাই ইমক মকশিল্লে। মপুরোইবগী মচাগী রাখল থিত্রি। উপায়দি লৈতে। মী অমমম অনিনি তিন্নমলগা চৎখি। মতৃংদ ঐজ্ঞা ব্রজলালাতমক ঙায়'ছারে। মাগী থম্মোইদা মীমুংশি অমা পোক-লবরা ? খংদে। চান্দনিদি —? রাখলনা লাকহৎলি। মচিন্দ মুকম মুকম অজ্ঞমক শোল্লি। ঐজ্ঞা ব্রজলালানা হায়রকই —

"পুন্সিসি সিঙাক্তনি ইবেম্ম থুদোংখিবা কয়া মায়য়োক্লবা তাবনি। থোইম খল্লুরম্মু। ঙসি অহিংসিমা হোতেলদা লুপা মরি মঙাদং হেক পথোকলগা লৈরো।"

"হৌজিকপু গাড়ি অমত্ত ফংলরোইদ্রনে ?"

"অমুক থেংলবসিদবু কনাগী গাড়িনোনে।"

হায়গুম্মদনা পানখৎলকপা থাম্মু মকা লায়ক্লে। ঠাকুরবাড়িগী লাইশংগী মপাদ তরু তরুনা থোকলি। ফম থেংলে। অদুবু চান্দনিদি পল্লেপফম ইথং থংদে।

ব্রজলালাম্মু চান্দনিদা হায়কেৎ কুইনা য়েংলুই। কজরবী মায়থোঙ অদু তায়ফেৎ তাইনা উরে। করি খল্লুমবনো খংদে ঐজ্ঞা ব্রজলালানা অমুক হায়রকই —

"ইবেম্ম নঙগী নত্তোসিদ ঐহাক য়াম্না মুংঙাইতরে। অসিদ লৈরিবা হোতেলসি ঐগীনি। কাম্মু অহাংবা অমা লৈহৌই অঙ্গদ হেক লেকথরো। হয়েং অয়ুক ঙন্তা চৎখিনবা। ইবুং পৈশাগা অমত্ত লোয়রোই —"

ব্রজলালদু চান্দমিবু পূরগা হোতেলদা লাকই। ইহৈ হৈংনিঙদনা চান্দনি ইম্নরকই।

থাম্মু হায়থখয়ে। খ্বাইরমবন্দ বাজারদু মুশি মুশিবা বল্ব অমনিদুনা ঙালহনবা ঙমদে। ইগম মন্মি। থেংথ থেংথরগা গলিদগী জিব কয়া কয়া থোরকই। ইরাং লাংই। পুং নিপামগী সিনেমা লোয়রকপদ পাথং অমনিনা গলিদ মৌনহা অম পুত্নুনা চৎখি। ঙরাং মহানতা ঙাওবা হৌখিবা মৌনহা 'বেয়াই অঙাওবীগুনি। সিদ মস্তে। কৈথেল থেংন কুম্বী বস কংহৌদবা কয়া কৈথেল চৌকিদারনা অমম্ব গলিদ পুশিনখি।

প্রতাপ টোকিজগী মমাং ওইরম্ন থাল্লিবা ডিম লাইট অদু অমুক ঙাল্লি অমুক মুৎলি তৌই। পোষ্ট মখোংদ অমম্বদ ব্লারি শারম্লি

"কয়ামোনে"

"মা অনিনা কুনদি পীাবরো।"

"পোৎপু ফবজাৎলা?"

"য়েংলগা থংগনি" হায়কেৎ নোক্তুনা হায়খিগাল্লে।

ঙসাই গথৈ মুংলম্ন ডিম লাইট অদু অমুক ঙাল্লকই। মখোয় অহুমদু গলিরোমদ চংখি। কাংজৈবুং তাবা লম্বী। মাং ইথং থংবা অনোইবা সুপাত্র ব্রজলালানি। হৌজিক্তি গলি গলিদগী তিনলাই খোম্বীশিং থোকনরক্লগনি। বজারপুম্ব মগথিবা মনমনা শিল্লরগনি। গলিদগী হুম্লকপা।

## অর্থ থোকখিদ্রবা লংশুং

কমলা বেনর্জি হন্দক্কু মুথ ফেষ্টিভেলদ নৌনা শকখংলবনি। কথক জগোয়গী কালাকার অম ওইনা রামকৃষ্ণমিসন কলেজদগী লাকপনি। ঐহাকসু মণিপুরি জগোয় শাবা চৎলুবনি। কালাবু পামনবা মশেম্নিনা অমম অমবু শকখঙনবদ অরুবা অমা ওইখিদে। অদুগীসু মথক্কু লমসু অগত্তদগীনি।

"দাদাবু হোষ্টেলদা লৈবিবা নত্রা?"

"লৈতে, হোষ্টেলগী সিট ফংহৌদদনা মোতিনগরদা প্রোফেসার অমগী যুমদ লৈ।"

"ঐহাকসু নংগ্রিম-হিলসত লৈ, মোতিনগরগা য়াম্না নকনরে নত্রা? মরক মরক্তা চৎথোকপীরকউ।"

ঐহাক মীকুপ অমদ খংলকখি মহাক য়াম্না চন্মী হায়বসে। মতুমক্তনসু মাগা বারি শাবদ য়াম্না সুংঙাইহল্লি।

ফেষ্টিভেলগী অরোইবা শুমিত্তনি। *কালাম্নবা মায়থোং অদো পিকচর একজিবিসনগী হোলদ চংলকপদদি ইমক মকশিম্ন উখরে। অয়েকপা লাই অমদ মুম্ন য়েংলগা খুংহৌদনা হায়রকই —

"করিগীনো অসুক য়াম্না সেরিয়স ওইনরিবসিবো?"

"কবিবুমোনে?"

'ভু, য়েংউ' ঐহাকস্থ কেনভাস অদুদা য়েংলম্মী। অদুবু য়েংক্ষম খংলগদে। অণ্ডাংবা অমদি নাপুনা চবাক ৈয়েবগুম উরম্মী। মখাদদি ময়েক লানা থারি 'লাইক'।

'পূন্সি অসে সেরিয়স ওইনা লৌরিবা করিগীনো?" মহাক্ক জ্ঞান য়ান্না তানা মখা তারকখিরম্মী। অদুবু ঐহাক্তি পাওখুম অমত্ত পিরুদ্রে। 'সেনসেসনেল আর্টকী মমি ভাবগী অর্থবু করিনোনে?'

'মী মীদুগী থেংনরুবা সংসার অদুগী মশক উৎপতনি।' মখা তারকখিদ্রে। মাগী মীত্তা য়েংলুরি। পী মরিক অমত্তং শিন্থরম্মী। ঐহাক ঙকলম্মী। একজিবিসন হোলদগী তক্কিং ত,কংনা থোকখরে। ঐস্থ ইঙক ঙক্না মতুং ইমরুরি।

' ' য়ুথ ফেষ্টিভেলদগী হলকলবা মতুংদ ঐহাক অমুক অনিরক মথোয়দ চৎলুরে। মথোয়গী য়ুম পি, এন টি, কাটরদনি। মমাত্ত মফংদুদ ক্লার্ক ওই। মথোহগী মমা অনতি নিলিগা অদু মামুক নবুক ফবি ঐহাক থেংনদ্রে। মচানুপীগুম মহাকস্থ য়াম্না চম্মী। মথোয়দ মুমিৎ খুদিংগী লাক্তে হায়দুনা য়াম্না শাওই।

'দাদা চা থকপীয়ু।'

ঙসাইমখৈ ঐহাক ফক্লাংদ থেৎপ লাইশিং য়েংদুনা লৈরম্মী। মহাক্ক মখা তারকই 'ঐগী দাদানা য়েক্লম্বা লাইশিংনি।'

'য়াম্না ফজে'

'পিকচর আলবম্ উৎকে হায়রম্নগা মন্নুংদা চংখরে। অদুদগী পাকশ্নবা আলবম্ অমা পুথোরকই। অয়েকপা লাই ঙাক্তনি। অহানবা মক্তুদ ওইল পেন্টিংগী সেলফ পোট্রেট অমা থেৎলম্মী। শক্তম অদুন রবি ঠাকুরগী নচ্ছা ওইরিবৈগী ফোটো নিংশিংহল্লী। ফাইন পেন্টিংগী লাইদ নত্তনা গোর্ডন আর্টকী লাইশিংস্থ য়াওরি।

অনতি নিলিমান্ত ওফিসতগী হুল্লকলম্মী। মহাকপু ঐখোয়গী ইরক্ত রারি শাবা থাওররে।

‘কমলাগী দাদামা য়েক্লম্বা লাইশিংনি, মহাকপু কালাবু য়াম্না পামজৈ।’ খর শাংনা অমুক্তং হোল্লুরগা অনতি নিলিমানা মথা তাঁরকই — “মহাকী অশোইবা হায়ববু সংসার অসে য়াম্না তুকচনা থনবা অদুগা পূন্সি অসে সেরিয়স ওইম লৌবসিনি।’

‘হৌজিক্তি কদায়দা চৎখরে — ’

‘মোংম ইণ্টরনেসনেল একজিবিসনগী কেনভাস অগা লোয়শিন্নবা কম লাকনরম্মী। খংহৌদনা হার্ট এটেক তৌরকখি।’

“অদুদগীদি — ? ’

“মহাকপু কমবা তুমহৌদরে — , ঐনা থনবদ মহাক সুম্নিং অতুদা য়াথল কা হেন্ন থনখিবরা হায়না খল্লি, কেমভাসতা মচু অমত্তসু থাবা তুম্নমখিদে।”

অনতি নিলিমান্ত মখোল নিকলকখিরম্মী। হুক্সৎনা য়েংলুবদ তপেংন মহাক কপলম্নে। কমলাসু হিক হিক লাওম কপলকই। একজিবিসন হোলদগী কমলানা তফিং তফিংনা থোকখিবগী অর্থ হৌজিক্তা খংলকই।

‘করে রাক্লবগী কান্নবা লৈতে’ অনতি নিলিমানা অমুক হন্ন মোকনবা লাকনরকই। অদুগা খংহৌদনা রা থৈরকখিরম্মী। “য়েংঙো নহাককী মণিপুরী জগোয় য়াম্না ফজে হায়না কমলানা তম্মী।’

“মহাক্না হায়জিল্লিবনি।”

“অদুনা ওইরে দাদামা ফার্স্ট তারকইরদো।”

ঐহাক য়েৎকম লৈতরে। মমানা নোকলকই।

“কমলাসু সান্তিনিকেতনদা মণিপুরী জগোয় তমলকই।

অঙাং ওইরিবঙেদ। অদুবু বাঙাল থাদোকলকপদগী অচুম্বক শাখিদরে। চহি তরেৎলোম হায়রমলগনি।'

'দাদা, মণিপুরী জগোয় অসে য়াম্না নুংশি, গুরুজিন্না থংবদি থংই অদুবু তম্বীযু য়াদে। ঐহাক নোংমদি শোয়দনা তমগনি।'

গুরুজি হায়রিবসে মাগী কথক জগোয়গী ওজাচুনি। অহল ওইরে। কমলানা ঐবু শকখংনহনখি।

'কমলানা মওবু মরুপ ওইনা ফংবদ য়াম্না হরাওই, ঐহাকস্সু কালাবু য়াম্না পামজে। মুগিং খুদি'গী লাকউ ৱারী শাশি।'

কমলানা ফলপ য়েংলকই। ঐন তপ্ন খুম্নরী — 'উগ'।

কলাগী পিকপ্পবা মরি অমগুংনা পুন্সুনা পল্লম্বনি। অদুবু [redacted] পুংজাদা লিপুন অসি অশুক কনশিনখিবা থংহোদে। পূন্সিসি য়াম্না নকশিন্নরকখি। কলাগী ৱারী শানখিব্রে। ইমুং মন্নুংগী পূন্সিগী অন্না নুংঙাইগী ৱারী কয়া তৌনরকখি। ঐহাকস্সু ফোমিলিগী আলবম্ ফাওবা মখোয়দা উৎখি।

অম্নম্না হরাও কুম্মে কয়া অনতি নিলিগা, কমলা অমদি ঐহাক তন্তুনা য়েংমিন্নখি। নোংমস্সু ওপেরা হোলদা বাঙালি থিয়েটর অমা য়েংমিন্নখি, লোল খংদ্রবস্সু ইনৌ নৌবা মওংগী থিয়েটর অমা ওইনা নুংঙাইবা পোকহল্লি। জগোই ঈশৈ সিনেমা কয়ামস্সু য়েংমিন্নখি। মরক মরক্তা অনতি নিলিমানা কমলা ইবানিদা চৎহনবস্সু য়াওখি। অমতি নিলিমামা থোংজিন্দ লেপ্তুনা য়েংচুনা লৈহোই।

নোংম নমতুনা কমলানা পিকনিক অমগা য়াওহনখি। য়াম্ন নকপ্রবা মফমদনি। গোলফলিনকত। ঐহাক্তি চৎলোই হায়রবনি। অদুবু মানা নমতুনা পোরকখি। ইমাম্নবা অমতুম্ন য়াওদে। কুপী ঙাক্তনি। মাগী মগাম্নবী। নুপা হায়ববু ইপন্তুনি য়াম্ন হৈনন্নকখিদে।

মখোয়ময়ামদি পুল্লপ কোয়শিল্লগা য়ারী শাই। অমুক য়া মোকলকই। মোকপ খংভোক ভোকই। এঙোন্দ কল্লপ য়েংনয়কই। অমুক খিক খিক।

এইহাক্কি শংলবা মাপীনা লোয়য়োই লোয়য়োই কুপশ্রিবা গোলকলিনকপু কোয়য়েং য়েংলুরি। উচান পাম্বী কয়া ....।

রেকোর্দ প্লেয়ার খোংলকই। ইংলিশ সোঙ্গ। বিটলস কা'বুগী ম্যুজিক। মখোয় ময়াম ডান্স ভোয়কই। কমলাগি য়াওরুদে।

"ঙসাই এবু য়েংলগা অদুক য়াম্না মোকলিবা করিগীনো ?"

"কৈন্সু নত্তেদ, মঙোন্দ মোকপা নত্তে।"

"এইহাক থংই। এবু অথুম্ন মোকননবা ,পোরক্লিবরা ?" কমলাগী মামৎনা হৃৎনা য়েংখৎলকই। মীৎয়েং অদু [illegible] ভপক্লবা।

"হোয়েল হায়গে —"

ম্যুজিক খংহোদনা লোয়শিনখরে। অদুগা লোয়ননা ডান্সতু। মথংগী প্রোগ্রামদি রিফ্রেসমেন্ট! ইসকাম, টোস, ওমলেট ফ্রাই ...। মল্লবা কায়তুদা অমুক য়ুমদ হল্লক্লে। ফাইয়ার ব্রিগেডকীদ কমলা ইবানি কুমথহোয়ে।

নংগ্রিম হিলস তাম লাকগীদা। য়ারীদি অমত্ত শারুদে। মখোয়গী ক্বাটর য়োংদোয়ে।

"নঙন হায়গনি হায়বদো ক'রনো ?"

"নঙোন্দ লকনবা নত্তে এঙোন্দ লকনবনি।"

"এঙোন্দ য়েংলগা খিক খিক মোকলিবনা করিগী ?"

"অদুবুয়ো" হায়রগা মমাই লুকথখি। ভোয়বা মাইথোং অদু হাইফেৎ ঙাংনা উয়ে। মোক্কি মোকপগী মমি ভারি। অদুবু য়াম্না ইকাইমনি।

"করি — ?" ঐনা তকশিল্লরি।

"মখোয়না হায় ঐহাকপু য়াম্না থাপনা মণিপুরদ মুম পাম-শিদোরে হায়রম্মা।"

অসি হায়রগা মহাক তক্লিং তক্লিংনা চৎখৎখরে। ঐহাক খঙই ঐখোম্দ শক উৎপা ওম্নরোই।

মাগী মা অদুদা ঐহাকসু খজিক্কুং ইকাইবা কাওরিবা, মা অমত্তা হায়রবা ওম্নহৌজিবা অসিবু করম্ব অর্থদোনে? ঐসু অসিগুম্বা মাখলগী মমি অমত্তং তাখিবরনে? ঐহাক খংদে। অদুবু থম্মোয়সিদি মখোয়দা অসুক্কী মতৌক থুনা চিংশিনখরে। ওসিদি মহাকসু ইকাইবগী মমি অমদি তাখরে। মসিগী অর্থনা করিনো?

লম্বীদ হল্লগে হায়না খল্লুরবনি। অদুবু অনতি মিলিমানা দুকান্দ লেপ্তুনা লৈরিবদো উবকই। চংদবা য়াত্রদুনা চংলুরে। মারীদি অনতি নিলিমাগদ শাম্নিরে। কমলাদা হঙ্গৎনা কাওবা য়েংবা ওম্নদরে। মহাকসু ইচং থোনা য়েংবা ওমদরে।

মতাং চারবা কান্দ মা খরদি কমলাদ হায়গে খনখি। মহানমথৈগুম্না থিয়েটর য়েংবা সিনেমা য়েংবা কয়া চৎমীমৈ। অনতি নিলিগাসু। খুদোংচাবা কয়াসু ফংখি। অদুবু হায়গে খনবা মাদি অমত্তা হায়বা ওমখিদে। কমলাদসু অহোংবা অমা লাক্রে। য়াম্না ইকাইথিগনবগী মতৌ অমা।

মরুপ অমগী পার্টি য়াওরুবা হল্লকপদ য়াম্না থেংদোকখরে। মুদদা হল্লকপগা ঐগী কাদা তুম্নিা চংলে। প্রোফেসার কাকা-তিগী মচা য়াম্না পিক্রবা বুল্লু অদু চংলকই। য়াম্না শিগুই। মাদি অমাম্বা মতমদ ঐগী কাদদা লৈ। মহাক্না হায়রকই 'অংকল বাঙালি লৈশাবীদো লাক্লম্মী।' কমলাম্বুনি। মহাক অমুক অনিরক কমলাবু উথরে

'করি হায়রম্মী ?'

'কৈগু হায়রমদে।'

থম্মোয় অসি লাংতক্লবতনা থলকই। ৱারি ফাওবা ইচং থৌনা শাবা গুমত্রবা মামা করিগী লাকলম্মীবা ? চুম্মী ঐবুস্ন ৱারো-ৱম্বা য়াই সুমিৎ নিনি চুম্মী শুরে মখোয়দ চৎলুদবা। হোং-দোকলুরবা কি শেৎচিনগে খল্লুই। থংমবা মীকুপ্তা হোংদোক্লে। থেংলবা সিদ অমুক প্রোফেসার কাকাতিনা করি হায়খিগদগে ? নোংঙাল্লগা চৎলগে।

অয়ুক্ত থর ওম্ন চৎকে খমবনি। অদুবু মখোয়গী ক্বাটরদ থুংলুবদদি থর থেংখরে। সুমিৎ ফন হায়গৎলক্লে। অনতি নিলি-মাদু ইমুং মনুং পোৎচৈ পুম্বা য়োমশিনবা লাকনরম্মী। কংলানা মোমপাক য়াওত্রবা হিদাম্দা কমদুনা কপলম্মী। ঐবু উবদা অনতি নিলিংাদু কপ্ল কপ্লদুনা হায়রকই – "কমলাগী বাবাদু বাঙ্গালদা ত্রান্সফর তৌরে, জোইন তৌনবা মতম লৈত্রদুনা চৌক্তিক চৎপা তারে।'

অনকলদু বোদর সেক্যুরিটিগী মেজোর ওই। ঐহাকস্ত ৱারি কয়ামা শামিন্নখয়ে। থম্মোয় অসে নোংলৈ সুংশিৎ কয়া তৌব-গুম তৌরকই।

'অনতিগী থবক্তি ?'

'রিজাইন তৌরে। নহানমথৈ লাক্তবদি কৈদোরে ? গুরাং সুমিদাং লাককদ্রা থন্দুনা মটন থোংই অদুবু নগু লাক্তে। চৎ-লমদাইদা চাক ফাও চাম্নিবা কংদ্রে।'

কমলাদু ঐবু উবদ কপপা অমুককা হেনগৎলকই। ঐগী মীগুম্ব পী মরীক অমনিদং শিন্থরকই। গুসি'দ লিংজেল ফুদোক্তুনা থর হায়গে খনবনি। অদুবু পুন্নমক অরেম্বনি।

বস থাকমদা অনতি নিলিমানা খুৎ অসে কয়া পায়শিল্লুনা পংকপ্ত কপখরে। কমলাস্ত মমাই লুকখদুনা কপলি। কনামতনা রা অমত কাংনখিল্রে। অনকলমা অরোইবা ওইনা খুৎ শোক-লকই। বস থাখরে। পোলিস বজারগী থেকচিল্লকপদ অনতি নিলিমাগা কমলাগা মকোক থিন্দোক্তুনা মখুৎ হায়রকই। এস্ত স্প্রিংগী অশাবদোনা খুৎ হায়রুরি। চিঠি ইরকউ হায়বা কাওবা কাওদুনা হায়হৌদ্রে। পোলিস বাজারগী চিল্লবা মীয়াম মরক্ত বস তোংফম তান্না লাকলে।

পুন্সিসি নিংকোক নিংকোক লাওই। ইশাং হাংবপ্তম তৌই। হয়েংদগীদি অমুক হন্ন উন্নবা ফংলবোই। মখোয়গা অস্তুককী মতিক থুনা কায়নখরে। মখোইগী ক্বাটরদা য়ালহোবা রাইথু শো অদু নিংশিংলকই। পুন্দুনা থম্মন্বা লংপ্তং অদু খংহৌদনা তৎ-খরে। অর্থ অমত্তস্ত নৈলখিদ্রে।

কায়মরমদাইগী অরোইবা মীৎয়েং অদু। কায়না নৈশা লাংলবা খম্মোইগী রা পুম্বগী মমি তাখিবগুম তৌই। মীৎয়েং-দুগী অর্থ নৈলখিদ্রে। হৌজিক্তি শিললংগী তইং তইংলবা সুংশিৎনা হুমলক্তুনস্ত মাইদ হুমাং মরিক মরিক কারকই। হুমাং মরিক মরিক ....।

## ঐগী ইনে

শেম্রাগী চীংথক্তনি।

লোক্তাকী ইয়ায়দগী শিৎলকপা ইংলবা মুংশিৎনা ঐগী হকচাংদা ফুরম্মী। চীংমায়দ কমত্তুনা, অঘুকী মেংলবা মুমিৎকি মশেক্না ৱৈবদা লংখৎলবা ইয়ায়গী ফজবা অদু ঐগী মোপলবা তুলিনা য়েকপা হৌরক্লম্মী।

শংবানয়বা অতিয়াগা য়ায়া তায়া ঈশিংগী ঈপাক্তা শয়খ্রিবা ঙাংলৈনরবা পারবা লৈচিন .... ইথককী মপৈ .... মুমিৎকী মশেক অমমমতং। ঐগী মীৎনা ঐগী কেনভাসতা য়েংলম্মী। ঐন অমুক য়েকপা হৌবক্লম্মী — মুপী অমম্তং ইয়ায়থক্তা তি হোল্লীবী। ছিমায়দা ৱৈরী ইথক্লা ঙৌরবা হকচাংদা মুমিৎকী মশেক্ল ৱৈরী ... ঙাংলৈমরবা।

"রোবার্ট, ঐ খংলে নহাকত্তু অঙাংবা মচুতবু মঙগী পৃন্সিদ পামজৈ" ঐ ঙক্লম্মী তুং হয় য়ে'ল্লুবদ চহি ৩৫ রোম শুরবী মুপী অমা ঐগী অয়েকপা লাইদা য়েংদুনা লৈরম্মী। মীৎয়েং অদু চিত্রকাবগী মতৌগুম্না ঐগী লাইদা অশোয়বা অমত্তং পুথোক্লবা হোৎনবগুম তৌরি। ঐ মাবু শক খংদে। 'হুবু করিগুম্বদা খোঞ্জেল অক্তুদি ঐহাক তাপ্রবগুম্না তৌরে। তারদা খুৎনা থেং-লুবদা মিংথিরবা মুর অমা থোরকপগুম ঐঙোন্দা মুংশিনা কৌথি "রোবার্ট"। অদুবু নিংশিং'বদি থোক্তরে।

মাইথোং অদু কয়াদ ইংগ্রবা কয়াদা ফজগ্রবা পিশুম অদু মথেক মকোইরি অদুমনদি ওইরগা শুকথরপনা ঐগী অয়েকপা লাইদ য়েংলি। মীৎফমত্নদি তোয়না ওল্লী। থিরি অয়োনবা অমত্তং ঐগী লাইদা। ভোরবী শাংতক তৌবী মাইথোং অদু করিগুম্বদা উপ্রবগুম্ব তৌরক্লে। শকশুং অক্নুমক্কদ চিত্রকারগী মতৌগুম্না। চিত্রকার। মশেন মরাংনা উরি তনৌরিবী মায়-থোং অমা। ঐবু চেৎনা কোন্দুনা লাইবক্তা চুপলগা কৌথি-বগুম্না তৌই 'রোবার্ট'। হকচাং পুন্বা ইথক হৌরম্মী।

"অদুগনে রোবার্ট" ঐহাক মংফাওনরম্মী। "ঐম্ম নহাকুম্না অশাংবা মচু অসিবু য়াম্না পাম্মী। চহি ৩৫ চুপ্পা লালফমগুম্ববা পূন্সি অসে ঐহাক্না মায়য়োক্নরক্লি। ঐহাক য়াম্না বারে রোবার্ট। অদুবু ঐহাক লালফমসিদগী কৈদোম্নুংদ মায় লৈদুনা চেল্লোই। অশাংবা মচু অসিগা কোম্বনা অদুম্বক শিথিগনি।

মাগী ভোরবা থজাইদা স্বপ্নতগী পী মরিক অম নিদং শিস্থ-রকই। ঐগী থম্মোয়দা মফম খংদ্রবা ইহৌ অমনা ওৎলম্মী। মুংঙাইতবস্থ ফাওরক্লম্মী। মশেন মরাংননা উরক্লিবা শক্তমসে করম্বা পূন্সিগী লমাইদা য়েক্লমগনি। হুঙৎনা চেনা কয়া ফাকৎ লুরি।

"হুম অশাংবা" নোক্লিংদনা নোক্লম্মী। মমিৎ অনিক্ত ঐগী লাইদ য়েংলম্মী "অশাংবা ঐনা কয়াদা তুক্কচরম্বা। রোবার্ট মতম অদুদা নংদি অশাং য়াম্না ওইরি চহি তরামুক্কি মগাংদা ঐহাকী পূন্সি মুংঙাইনা লেল্লম্মী। অশাংবা মচুবু তুক্কচরম্মী। অদুগা হেমন্ত ঋতুগী দৃশ্যশিং অদু ঐগী থম্মোয়না পেল্লমদে রোবার্ট, কেল্লমদাইগী ঙাংলৈনরবা উনাশিংদু ঐগী মীৎনা থম্মোয় য়াওনা য়েংলমদে। অদুবু ঙসিদি ....।"

শাংলবা স্বর অমত্তংগা লোয়নননা নিংঙমদনা মাগী য়াশিংঙ

নৈশিনখিরম্মী। রাহৈশিং অহুমা অগন্মমতুং ওইনা ঐগী থম্মোয়দ য়ৈরম্মী।

"নত্তে রোবার্ট, মহাক করিগুম্ব মতমদা মরাইবক খিরবী নওগী মনেবু নিংশিংজবরা .... ?" ঐনা অমুক্তং হঙ্গৎনা য়েংলু-বদা মীত্তা পীগী ইরা হোনা মান। ঐবু য়েংহুনা লৈরম্মী। ও ! শক্তম অদু .... ।

"ঐগী ইনে" ঐগী চিন্দ তপ্প শোনখিরম্মী। অদুগা লোয়-মনা ঐগী অঙাং ওইরিবৈঙগী পুন্সিগী চেনা কয়া ফাকৎলুরি। নিংশিংলক্লে ঐগী ইনে চহি কয়াগী মমাংগী দৃশ্যগা লোয়ননা 'রোবর্ট' রাহৈসিতনা ঐগী থম্মোয়দা ইপক হোহমখিবা, থম্মোইগী সুংশিবা পুম্বা ফোংদোক্লা কোবা ঙমখিবদি ঐগী ইনে নত্তনা তাইবংপান্দ কমাম্ম লৈখিদ্রি। অদুবু নোংমা ইথং থংহোদনা অশিৎ অরাম্বাগী কল্লবা সুংশিৎকী শাফুনা য়ৈবদ রানা থাংলম-লবী ঐগী ইনে অদু ঐগী মীৎলগদগী মাম্থোকথরে। অমুক হন্না সুংশি মীনোক অদু উখিদরে। ঐবু চেৎনা কেল্লগা কোনখি-দরে 'রোবার্ট'। ফাওরবা চিত্রকার কয়াগী পুন্সি রারি লির খিদরে। ঐগী নোপললবা তুলিগী খুৎহায় গচু কয়াগী অর্থ ঐঙোন্দ তমবীরমদ্রে। চহি ৯/১০ দা ঙাযরিবা ঐগী অঙাং ওইরিবা রাখলদা ইনেগী মন্ত্রগুম্নবা রাহৈ কয়ান! মচু শংগ্রবনি।

মীত্ত শংশংনা উরাক্লি ইনেগী ঙোরবা ফজরবা মাইথোং মথোক কারকপগী শক্তম। নিংশিংলক্লে নোংমগী দৃশ্য - ।

পাবুংগী ষ্টুডিও মন্নুংদনি। মফী অমত্ত য়াওদ্রবী ইনেনা ছিদান্দ। চেপনা ছিপ্নগা পাবুংনা মাগী কেনভাসতা ইনেবু য়েক্লম্বা থোংনাওগী অহোবদা পেংনখি। ঐহাক ঙক্লম্মী। মতম অহুদা ঐহাক করি খনখিবা নিংশিংবা থোক্করে। সিমত্তং খনখি করি-গীদমক পাবুংনা মাফ য়াওদ্রবী ইনেগী হকচাংবু য়েক্লবনো ?

ইমেগী ওৌরবা হক্কচাং কয়াৎশিং ইকাইবা খংঙ্গবী ইমেমা মোমোন মোক্তুনা পাবুংদ য়েংখিবা ঙসিফাওবা শংশংনা উরি। মুমিৎ অদুদা অঙাং ওইরিবা এৗনা ইনেবু চিংনখা পোকলমই। অদুগা লোয়নন৷ ইনেদা অমুক্তং 'করিগীদমক্ত অসিগুম্বা থবক অসি তৌরিবনো' হায়না হংগে খল্লমী। অদুবু ইনেমা শাংলবা রাগী কয়া লিবিবদগী কলবা লোংলৈ মুংশিৎ অদু নেমথখরে। চিত্র-কার কয়াগী মোডেল ওইনবী মুপীশিংগী রাগী .... শীঙ্গীশিংগী খুৎশেমগী মুর্তি অমমমতং ওইনা ঐভোন্দ লিবা হৌরক্লম্মী। মাইকেল এঞ্জেল্লো, লিওনার্ডো-ডা-ৱিন্সী টিটিয়ান, রাফহেল পাইয়ো পিওটো মখোয়না য়েক্লম্ব গক্ষি য়াওত্রবী মুপী মুপা কয়াগী পোট্রেট শুগহৃংলবা রাহৈ কয়াগা কোন্নন৷ লিরকই।

'রোবার্ট' ঐহাক মংফাওরম্মী। মহাক্না মখা তারক্লম্মী। 'নহাক অকাওবা চিত্রকার অমা ওইযু, অদুগনে নহাক অঙাংব মচূ অসিবুদি অর্থ খংনা শিজিন্নোকে।। করিগুম্বদা বসন্তগী উমা রানাবুস্থ থম্মোয়দা চেৎনা থম্মু। য়েংউ রোবার্ট আদগী উ অসে উরবরা লোক্তাককী ইমায়দা হায়থক্লনা পীক্লবা মউ অসিনা রানা খাংলিবসে ....।' মতম কুইনগী মমাংগী স্মৃতি অমনা মাগী রা পুম্বশিং তাহনখিদরে। মুমিৎ অদুমক্ত ...

'য়েংউ রোবার্ট আদগী উ অসি উরবরা থেকথোয়রবা মউ অসিনা ইমায়দা হায়থরি য়াম্ন' রানা খাংলি। আর্টিশকী থম্মোয়দি থম্মোয়দা মসিবু উরগা অরাবা পোকই। অসিগুম্ববু য়েক্কদবগী হোৎনদুনতা মরৈ।

ঐবু তুংলোম্মদগী কোন্দুনা খুদোম্বী থিন্দুন৷ ইনেনা তাকখি 'আর্ট মোসন' ...। লোক্তাককী ফজরবা দৃশ্য - য়াম্না তাম্না হৌরিবা শংবানরবা উ-রা, থাঙ্গগী চৗংশাং পরেং মহুগী ময়াদা তারিবা খুল পুন্নমক খুদোম্বীনা থিন্দূনা তাকলকই। ঐগী খম্মোয়না

করবা অদুদি খংবা ওমথিদে লংখৎলবা ইরায়তমক ঐগী মীৎনা উরম্মী।

মুগিৎ অদো লোক্লাক য়েংবা চৎপনি। ইমাদি য়াওরক্লে। ইনে ঐ অমদি পাবুং ঐখোয় অহুনদনি। লোক্লাক খোংবান্দ ইমেনা ঐগোন্দ হায়খি 'রোবার্ট ঐহাক অসে কয়াদা লাইবক কপ্লবা। আর্টিস অমগী মেডেল ওইনরিবসে ঐগী চাওখোরু-কপনি। অদুবু অরাবদি আর্টিস অমগা মাগী মেডেল ওইনবী মুপী অমগা করি থোক্লবগে হায়বসিদি ঐহাক তমলক্লে। মসি গীদমক অরাবা পোকই।'

খোঞ্জেল অদু য়াম্না শোম্নাংনরম্মী। ঐগী কোক্লা থোৎলবা খজাই অহুনা ঙাথরকই। মাগী রাহৈশিংদুগী অর্থ ঐ খংলংদে। অদুবু ওসিদি মরিক চুম্না খংলে।

ইনেবু নিংশিংলুবগুদা থোদোক খুদিংমক ময়েক শেংনা মীওা শংশং উরক্লে।

মোংগনা অচোৎপা ফিজোল ইনেগী হকচাংদা তপ মপানা শেত্তুনা মাকলদা পুল অমত্তুং কোন্দুনা লৈরম্মা থেংনখি। অমুম্না ম্বাদশিগী থাবল করবা অহিংদা মমাংগী লৈকোন্দা মফি অমত্তু য়াওরবী ইনেনা মুত্তোগী মুত্তিদা কোন্দুনা লেপলম্বা মথক থংবা দোতলাদগী উখি। অদুবু ঐগী ইনেগী মপান মাইরবা মুংশিবদি মাংখিবা লৈতে। পাবুংগী মমাংদা ইকাইনা নাইরবী ইনে অসিবু কনানো হায়না নোংমত্তুং হংগে শল্লুদে। ঐগী ইমাদস্থ পোদোক কয়াদা য়েংহনম্লবনি, অদুবু রাহৈ অমত্তম্থ ইমাদগী থোকলক্লে। থোরা শাদবগী মওং উৎলি। ওসি দ ইমাগী মায়থোং অদু অমংব নোং অমত্তুংনা কুপশিল্লি হায়বসে ঐ খংলক্লে।

মুগিদাং অদু ঐহাক কাওদবি থাজিগী মেংলবা অহিংনি। য়াম্না তাম্না "রোবার্ট" হায়না হম্না হম্না কোবা মীকোনা ঐবু মীৎকপ

থোকহল্লম্মী। ঐনা মীৎকপ থোকলকপদদি নোং য়াম্ন' কম্না তারম্মী। মীংথেল চনবা থোংনাওদা য়েংথোকখিবদদি মপানদু পুন্সিম য়ম্নী। করিগুম্বদা নোংথাঙ কুপলী। অথাক অরাও য়াওখি। 'রোবার্ট' হন্না হন্না কৌখি নোংগী মথোন্না করিগুম্বদা তাহনদে। ইমাস্ত হোৌগৎলে দলালগী কুমথরে। অঙইবমকন্থু অনকলনা (ইনেগী মপা পাবুংনা কৌরদগী ঐস্ত কৌবা) থোং থিন্দুনা লাওরম্নী 'রোবার্ট' মশা পুম্বা নোংনা চোৎলে। পাবুংস্থু হৌগৎলক্লে অনকলনা হায়রকই 'রোবার্ট নে মাংখ্রে' ঐ খাই লাওই।

নোংমা অবেপ্পা লৈভমা চুরি। নোংথাঙ কুপলী। থম্মোয়নুংদস্থু কংলবা নোংলৈ নুংশৎ কয়া তৌরক্লে। মীত্তগী অরৎপা লৈত্রবা পীগী ঈরা শিস্থবক্লে। পাবুংদি হেক তাবগা অত্থম্মক চেম্থোকখরে। ইমাগী মত্তস্থু পী শিস্থরক্লে। ইংডও তম্না অত্থম্মক ঐথোয় চেন্দুনা ইনেবু থিবা হোরে। ইংডও য়োরবদা। থোং অত্থু লাওনা হাংদোক্লম্মী। ইনেগী স্নর হোন্দ্রনা হকচাংত্থু লৈমাহদা তাত্থনা লৈরম্মী। পাবুংমা মাগী নাকন্দা ফংদুনা চনেদা শংত্রিক শংনা য়েংদুনা লৈরম্মী। ঐথোয় লাকপদগী মহাক অত্থম্মক হোৌগত্তুনা থোকখরে। ইনেগী হকচাংদা কোন্দুনা ঐহাক থম্মোয় পেম্ন কপচরম্মী। মতম শাংনা। অনকল অত্থু অমুক্তং 'ইবেমহল' হায়না কৌরগা মাংৎতা পীগী ঈরাগা কোম্ননা অত্থম্মক চপ লেপখরে।

ইমানা থজাইদদি পীগী ঈরা শিস্থনা ঐঙোন্দা থোংজিল্লকই 'রোবার্ট' কপকস্থু নঙগী মনেদি পুকচেল চাওবীনি মানা পামজবা লম্বীদা মহাক চৎখরবনি। হেংউ নঙগী থা অহুমগী মনাও অমত্তং মনেগী পুক্লুংদা য়াওরমত্রবদি মহাক কৈদোস্থুংদ অস্থম্না তৌরম্নোইদবনি।' হায়না হায়না হিক হিক কপলক্লে। অত্থুদগী

অনকলমা ইনেগী হকচাং অহু লেংবান্দা থাঙৎতুনা নোংময়ক্কা অচুম্মক থোকখরে। ইমাগা ঐগা মিৎকী পীগা কোয়না স্টুডিওগা লেপ্তুনা য়েংহৌই। অমমবদা অচুম্মক তিনখরে।

তুমিৎ অচুদগী হৌনা ইনে অমদি অনকলবু উবা কংখি-দরে। লুয়বা লাইথুৎয়েক কয়া তাক্লম্রে। এবস্ট্রেক আর্ট, পিকা-সোগী ক্যুবিজমগী ময়মদা তাংলম্রে।

'রোবার্ট'— ঐহাক মংফাওনয়ম্মী। ঐঙোন্দ চিংনা য়েংদুনা লৈয়ম্মী। কেনভাস অদো অশংবা লেপ্পকেপতনা থল্লম্রে। মায়থোং অদো ঐগী ইনেগী শক্তমচুমল্লি।

'মহাক ঐগী ইনে ?'

'রোবার্ট' — ইনেন। ঐঙোন্দা চেৎনা কোল্লকই। লোক্তাকী ইয়ায়দগী শিৎলকপা ইংলবা তুংশিৎনা হকচাংদা ফুরে।

## মথোং হুক্তবা

ঐগী ইমিং খংল্লিবরনে? য়েথা। ঐগী ইমিং য়েথা কৌই। ঐহাক নেপালিনি। মখোয়গীসিদ পান হুকাম ফল্লবা চহি অমা ফারেদনা। অং মথা হুকান্দ। উষা হোল মনাক্ত। নহারোল য়াম্ল ওমশিনবা পান হুকান্দু। সড়কী য়াংমদস্থ নহারোল খর লেপজমগনি। মখোয় মশেন য়ারি শাবা মালহন্দুনা। ফলপ ফলপ য়েংলিবন্থ ঐবুনি। ঐগী মীৎয়েং মায়েংদ মখোয় শোয়দন ঙাওরগগনি। অতুগা অয়াম্ব মতমদ ঐহাক নোকপি নোকমিদ তৌগুনতা লৈবনি। অসিগুম্ব মওংসে ঐহাক অঙাং ওইরিঙৈদগী তম্লক্লবনি। হৌজিক্তি .... ইন্দোমচামা ঐবু হুকানদ ফমহনবগী অর্থ খংলরিগনি। ইন্দোমচা হায়বদি থনোয়নবা সুপীত্থ। মহাকস্থ ঙাংশকপ য়াম্ল ফবনি। ইবানিদনি লৈরিবা —।

ঐহাক কদায়দ পোকখি খংবরা? শিলংদ। বড়াবজারগী নমথিরবা গলিদ। শং মচা মচা লৈবা। পর্দা নাম্ল নাম্লখনবা গলিদ্থ। ভাব তাল্লিবরা? উম, মফম অতুদা ঐহাক চাওরক-পনি। ঐন পুমকক চাওরকপফাও ইমাগা লৈমিন্নরম্মী। পুপা অমগা। মুঙক মুরগা য়াং চাওই। য়েংবদ কি' য়াম্ল শাওগল্লি। ঐন মাবু দাজু কৌই। ফুবন্থ য়াম্ল ফুগাল্লি। অয়াম্ব মতমদ

লাওখোংহুন ঐবু ফু চৈবা ভোই। ইমাবুন্সু। ঐহাক কিবনা থক থক নিকপন্নী। কপপ ফাওবা ঙম্মদে। মাগ ঐগা করি মরিথোক্লবগে হায়বা ঐ খঙদে। ইন্দোমচানা তম্বদগী হৌজিক্তি খংলে। ঐগী ইমা লোবা মুপানি। ঐবু পোকপদি নত্তে। ঐগী ইপা কপানো খংদে। অং মপা মশক খংদবা মচানি। তুক-চবরনে ?

নোংমগী রারি তানিংনর ? নোংমপক্কী। অয়ুক্কগী দাজুন্সু য়াম্ন তাওরন্মী। মহাক্ন যু তাওরবদি য়াম্ন শাথি। লাও খোংবা। মসিনি। সুগিং অদুদা ঐবুস্ত থুপাক্ন অমুক অনিরক থাখয়ে। তুগিম্ন লৈব ইমাদ ওনশিল্লগা হায়রকই —

'চয়েংমক দার্জিলিংদ চৎকদবনি খংলবরা ?'

অহানবদদি যু তাওহন ঙংলিবোই নিংনরম্মী। দাজু অদু কাগী নৎলমল্লে। সুমিদাংদদি থাজৈশেংম পোৎ য়োম্লম্মী।

'মকমাসদাদ স্তম লৈবা য়াদবরা ?' ইমানা হংলকই।

'য়াদে —, কারবাব হায়ব অসিদি মফম হোংন হোংন তৌগদবনি। মফমসিদদি মী ইচং চংলক্তে —'

করি কারবারনো — হে'জক ফাওবা থংক্লিনরা ? দাজুদি মী চংলকপ খুদিংবু তরাম তবাম ওকপন। মখোয়গা যু থক-মীরবা। অদুগা ইমাবুনা কি নাম শেংহল্লগা শিরক ময়াদ ফমহনবা। অসিনি। পবক অমত্ত শুদে। খংলবরা ? গলিহুদ লৈব যুম খুদিং অদুম্ন তৌমবা ঙাক্তনি।

'রেখাদি ? ইমানা অমুক হংলকই।

'পুরোহ স্তম লৈগোসন্সু .... মা য়াওরবদি মী চংনিংলোই মতু তাবদ ঐহাক কৈদোঙ্গনি খংবরা ? উম, পম্মোই অসে কাহব মখৈ কপলম্মী। অদুবু ইগাদি ? মাগী মমিত্ত পী করিক অংতম্নু শিন্থরমদে। তরংদ য়েংহুনা লৈরম্মী। মাগী কাপলা করিনো ?

ঐহাক খঙদে। ঐগী মীত্তদি লোয়বা মাইত্রবা পি তারকই।

অহিং অহুমকক্কী রারি অমম্ব লৈরি। মসিমদি ঐহাক্ক কৈদৌমুংদম্ব কাওবা শুয়রোই। মখোয়দি পূন্সিসি করিনো হায়বা খংলম্ব। য়াই। ঐদি তশেংন খংদে। অদুগা নোংমত্তম্ব পূন্সিগী মরমদ খনলুবা লৈখিত্রি। ঐন খংজবা হায়ববু ঐখোয় য়াম্না লায়রৈ। মীগ মীমাম্নবা ওমদে। অসিতনি।

ইমাগা ইন্দোম্মচাগা রারি শারম্মী। দাজুম্ম কোয়থোক-খিবদগী হল্লক্ত্রি। ঐশু কৈজুপ শুপচিন্দুনা তুম্ব কয় লাক্লরম্মী। অদুবু করম্ন তুম্ব য়াগদগে ?

'ইনাও —' ইগাম্না হায়রকই। 'করিগীনো মখোয়ন অশুম্ম শুম্লীবসিবো — ?'

'ইচে মসি পুম্বসি খন্দবনা করে — ?'

'অদুবু .... ঐবু ওক্তবীনি হায়বসে হায়জসম্নু। পূন্সিগী ওইন বদনাম অসিগদি কোকলরোইদবনি। অদুম ওইনমক ঐবু ফিবম অসিদ ওইহনম্রিবা অসিবু কমামনোনে ? '

ইমাম্না শুহাক কপলুরগ মখা তারকই — 'ঐহাক রেখাবু পুদবদ লেপ্লে। ঐগী গর্ভদ পোক্লবদগী মপা কাওবা মশক খংজবা শুমদরে। মহাক্কী পূন্সিম্ব ঐগুম্ন লেনবা তাবনি। সমাজদ মাগীম্ম মফম লৈতে। অদুগা ইনাও — ঐহাকম্ম ইচাবু মুংশিবা থংই। অদুবু মাবু চিংখৎপা হায়বসে ওইথোক্লে। অদুম ওইনমক ঐগ মাগগী মরক্ত ইজ্জৎ অমত্তং লম্নীংই। অদুন মাবু পুররোই।'

ঐহাক হিক্র হিক্র কপলম্মী।

অয়ুক্ত দাজুগা ইগাগা দার্জ্জিলিংদ চৎখিরম্মী। চৎলমদায়দ ইমাম্না ঐবু চেৎন কোম্নগা হায়রকই — 'য়াম্ন থুন লাককনি, নন্দোম্মচাগ লৈমিম্নরম্মু।' অসিতং হায়রম্মী। মপি কৈথোক্লগ তক্ষিং তক্ষিংনা বসন্তা কাখৎখিরম্মী।

অং সুমিৎ অতুদগী ইমা অমম্মুং দাজুন্না উথিদ্রে। ঐন মপুং ফানা চাওরবা মতমদ দাজুদ অমুক্তং উমখি। য়াম্না থাজখিদ্রবা মীকুপ্ত ....।

মতুং ভাবকপগী পূন্সিদুস্ত লিখিগদ্রা? কাজল করম্ থাগদগে? লিপষ্টিক করম্ তৈপদগে? থোংনাও ময়াদ করম্ ফমগদগে? মসিমি ঐন ভমলকলিবা। ঐখোয়না লৈমিম্মীবা মালা ইচে শান্তি মখোয়স্ত অসি ভাক্তমি। মালগী ইরাংমম্লুম হেম্ সুভাইরকখি।

মরক মরক্তদি থনখি। পূন্সিগী লম্বেল অসে লাল্লে। অদুবু মখোয়গী লাম্বী অদুদা ঐগী থোংফম অমগুংবু লৈবরমে? পূন্সিসে মচু থোক্তরে। ইরাও রাওরে। ময়াই চায়থম্রক্লে। চুম্মী অদুবু ঐখোয়গী ভোপ ভোপলবা জগৎ অসিদ মোক্তুনা হিংব মতুনা করি উপায় লৈ?

ঐশু হিংব ঙম্লে। উপায় অমনবু ওইরবস্থ। মসিমঙায়।

ঐন হায়খিথদুনি .... দাজুগা অমুক্তং উমখি। মোংগ সুমিদাং রাইরম অম্রদা। মহাক থংহোদনা লাকখিরম্মী। ঐবু পুননবা ইন্দোমচাদ য়াম্ন ভক্করম্মী। ইন্দোম্মচানা ঙমহোই। লাওখোংদুন তোরম্লগ চৎথরে। ঐবু লোবা লাকপগী অর্থ থংলরীগনি। ইমাগী রাগ অগত্তু হায়রমদে। উম্মাখিদবা চহি মম্নি পুরা ফারবনি। দার্জিলিংদা লৈরীবরা মতুস্ত থংদে। মগুরিগী মমিংচৎলবা হোটেল অমথক্তে লৈ হায়নস্ত তাই। অদুবু উম্মদবনদি ফরে। ইমা ইপাগা পূন্সিসে মরি লৈনদ্রে।

দাজু লাকলম্লবা মতুং থা অহুমলোম লৈরগা নখোয়গী ইম্ফালসিদ লাকপনি। অং নখোয়গ থংনরিবসিনি। পিকশ্রবা দুকান অসিদ পৈশা কয়াম তাই থংবরা? য়াম্না তোংই। করিগীস্থ তোংলোই। ঐগী ইতোসে নংশু উরেদনা? সুংদাং

অথেংবদ অথংবা নহারোল অমনিদি ইতং তংতনা চংলক্লিবনি। নহাক মুপা অমথক মশক থংজিল্লু। তত্তনা লাকপ। মুগিদাং পুং নিপানগী অত্তুরাইদ লাকপা। চহিদি কয়াম শুবয়গদগে থংদে। নহা য়ায় গানবনি। মশা নাল্লি। মী পোইন রাংদে। মমিংম গোজেন। অং এ, জি, ওকিস হায়বরা অত্তুদা থবক তৌবনি। মুমিৎ থুদিংগী লাককনি। থা অময়োম কারে। অস্তুম লাকপ। মচা অনি অহুমস্থ লৈরংগল্লে।

ইহান হায় শকথংনব মুমিত্ত মহাক্ল রারি লি। মাস্থ শিলংদ একাওটেন্ট ট্রেনিং লাকলম্মী হায়ন। ফন কুইরমাল্লে। মানা মুপী অমা পেংনখিবগী রারি লি। বড়াবজারদ। ঐগুম্মী নেপালি মুপীনি লৈশাবী। মমংনা দিপা। উগ দিপা। মহাক তত্তনা লোয়নৈ হায়। ১মৈদ মীরোলকই। অত্তুদগী উমকদরে। মীনা তম্বদগী তায়। মচামুপী অমা পোকপরে হায়ন। অত্তবু নোংমত্ত উন্নগে থল্লুদরে।

পৃক্সিসি নহাক কারনি হায়ন থল্লী ? মপোং হুক্কে। নত্ত্রনে ? মসিদগী হেম্ন মপোং হুক্কবা রা অগগা তমগে। য়ায় লোয়। দিপা হায়বত্তু ঐগী ইমানি। মচামুপা হায়ববু ঐ মঙায়।

মহাক হোরেলস্থ লাককনি। ঐন তরাম তরাম ওকনি। অত্তুগা ফমুংদা পুসিনগান। ভকপরা ? ভককস্থ অত্তুগী মহুত্তা নোকথোকউ। ঐদি হেক্ক নোকনিংলকই। ঐগীদমক্ত অসিমস্থ থম্মোয়দ থনবীয়ু। মহাক মুমিৎ থুদিংগী লাকপ। অত্তুগ পৈশা থর পিরম্ব। হিংনলবা। মসিগীদগী হেনবা মরি পামদে।

## * জেহের উন্নিসা

"দিদি....দি....দি —" ইমুং অমু সেগাক কাইগদবা মখৈ মথোক কায়কপী — মুপীমচা অমনা লাওডুনা চেল্লরম্মী। খোঙ্গেল অদো য়াক্লবস্ন পীক্রম্মী।

কা অমা য়োয়বদা। থোং অমু লোল্লম্মী। মথুৎনা থোংদা কয় থিল্লদুনা কোরম্মী — 'দিদি দি .... দি ...।'

"কৈদোরে মেহরু?" থোং অমু হাংদোক্লকই। ওসাই মখৈ নম্মাজ তোরম্লীবী "জেহের উন্নিসা" পাখৎপগা লোইনা হং-লকই —

"হায়য় মেহরু কৈদোবে — ?" মেহরু থুমলম্বা তোদনা কপ কপ আল্লাগী মাংদ চেনশিনখরে —। নগাজ তোনবা ফান্দা মমাই অমু উপশিল্লগনা থম্মোই শোক্ল কপলক্লে মাগী মনাক্তা চংশিন্দুনা জেহের উন্নিসানা হংলক্লি —

"হায়য়ু মেহরু করি তোরবগে?" মমাই অমু থাজৎ-পীরকই। অবৎপা নৈত্রবা পিগী ইরা শিন্থরম্মী। মনাওনা কয় উরগা — মচেগী মীতস্ন পিগী ইরা হোরক্লে। অমুকা হংলকই —

---

* অঙাং ওইরিবৈদ ইথিবা রাজিমচাশিংগী মজুংদ অমা। শোক ১৯৬৭ কংদ কোংখরবা।

" খুমত্রিবা করিগীনো মেহরু ? করিগী কপলীবনো ? করি তৌর-বগে হায়য়ুনে মেহরু — ? "

" দি দি" কপ্প কপ্প হায়রকই— " হিন্দু মুসলিম হাৎনহোরে, হিন্দুগী য়ুম থুদিংদা মুসলিমনা লান্দাখরে — দিদি " হায়ন হায়ন মীৎকী পি অরৎপা লৈতনা পিন্থুরকই। পাও অসি তাবদা ····
জেহের কা অদুদগী চেন্থোকখিরম্মী। অদুবু মেহরুনা ফাখরে।

" মেহরু ঐবু থাদোকউ ঐবু থাদোকউ মেহরু " থম্মোই শোরু কপলকই।

" নওে, দিদি ঃপান্দ থোকখিগনু নুপী নুপা অমত্তা থিদনা হাৎনরবনি য়ুম থাদংমক থোং লোয়খরে দিদি। " থোংবাদা মেহরু মনগমা ওারকই। মীত্তদি অরৎপা লৈত্রবা পি ইহৌরি। জেহের উন্নিসা কপলদুনা আল্লাগী মাংদা চেন'শনখরে। মচিন থোকন শোল্লকই " খুদা অসিরা নহাক্কী লিলা ? পংলবী জেহেরনা নুমীৎ থুদিংগী মীৎকী পিগ' কোয়না কুর্মিশ তৌজবা মদুগী মহৈ অসির ? জাৎ ধর্ম্মগী থেমবা করিগী থম্বারমলীবনো অদুগা থম্মোই থম্মোইদি করিগী থেমহল্লমদে ? কারিগী ঐগী থম্মোইগী শুংশিব থিংবীরম-দ্রিবনো ? খুদা ···· ?

মচিন্দ তপ্প তপ্প শোলদুনা জেহের উন্নিসা লৈমাইদ তুথ থিরম্মী। মেহরু চেনশিল্লকুনা মচেবু কোনখৎলম্মী। অদুগ হুয় হুয় কৌরম্মী— " দি দি "। থুম্মকখিদরে রাম্থখরে হায়বা খংলে! জেহের উন্নিসাগী ঃকে'ক অদু ঃাগী কৈবাক্তা থমলদুনা ফিক্তিনা হুমাই হুম্বা লাক্লরক্লে। মখোন অদু নিক্লা পিগা কোয়না কৌরি ' দি দি '।

অরায়দা, অনকপদা তারী মীকপ, মীরাওথোলগী থোম্থাং করিগুম্বদা থেরু নোকপগী থোম্থাং তারকই। মুসলিমগী মীহাৎ লাল্লাও — " আল্লা হো আকবর " থোঙ্গেল অদুনা কা অদু

ওংলম্মী। কৱিগুম্বদা তারকই হিন্দুশিংগী খোঙ্গেল "জয় কালি-মাই"। মেহরু থম্মোইদা মীপাইবা পোক্লক্লে। মী কয়া য়াম্না শিয়রম্নগদবা হায়বা মাগী য়াথলম লাকশিনবা হোৱক্লে। মচেগী মকোক অদু লৈমাইদ থগলে। চেন্দুনা কা পুম্ব থোং চেজেৎ লোনশিল্লুরে। অদুগা অমুক মচেগী মনাক্তা ফমথদুনা জেহের উন্নিসাগী কোক্তা হয় হয় ঈশিং য়ৈবক্লে। অদুগা কৌরকই "দিদি"। মচেগী ফজরবা ঙোয়বা মাইথোং অদুদা মেহরুগী মীৎকী পিনা লিরী লিরী শিন্থরী। অন্নম্না মতম শাংনা কপ্তুনা লৈরক্লে।

অদুদগী জেহের উন্নিসা শাংলবা স্বর অমত্তুং হোল্লকই। মেহরু পিরাংলক্তা মোমোম নোক্লকই। থম্মোইমুংদা হয়াওজরকই চিংনরম্বা পুম্বা কোকক্সে। তুমলুবদগী হোগৎলক্পগুম মথিৎ অদু কোইয়েং য়েংলকই। মনাকোংদা তারি "আল্লাহো আকবর"। মহাক মপুং ফানা জ্ঞান তারে।

"প্রেমচাঁদ .... প্রেমচাঁদদি, মেহরু ..?"

"খংদে পাও তাদে ....।"

"ইমুঙ মমুঙগী পাওদি ...."

"মদুসু তাদে ....।"

জেহের উন্নিসা তুমিম্না লৈখরে। মগিক্তা অমুক হয় পি শিন্থখিদবে। মাগী য়াথল পাক চাওয়বা ইরোম্নুংদা লুপলক্লে। হোম্রবা পুন্সিগী থোদোক খুদংমক মগিক্তা অমমমতং ওইনা উরকই ...।

হিন্দু মুসলিমগী চাম্না লৈমীম্নরম্বা জাৎ ধর্ম্মগী য়াথল পোক্নরমদবা দৃশ্য অদু মমীক্তা শংশংনা উরকই। অদুগী মতুংদা প্রেমচাঁদ অমদি মহাক কলকতাগী পাঠশালা অমদা খংমরকপা। মাগী থম্মোইদা প্রেমচাঁদবু লোম্ন সুংশিরকপা। নোংমা ইখং

খংহৌদনা প্রেমচাঁদগী থম্মোইগী নুংশিবা মাগী মকমদা কোং-দোল্লকপদা মাগী থম্মোইনা কয়াদা হয়াওজখিবা। হৌজিক্তা মুঙাইবগী ইথক হৌরকই। মচুগী তুংদগী অহিং নুংশিল কয়া উরখিবা। থম্মোইগী রায়োল পুম্ব কোংদোল্লখিবা হৌজিক্তা থোক্লিবগুম্বা মমিক্তা উরকই। নিন্দুংগী থাজগী ইপোমদা শাল্ল-খিবা নুংশি রারী ময়েক খুদিং অমমমতং ওইন শুংলরি।

চতুর্দশী, একাদশীগী অয়োমবা মীলন, মহাক্ল ওইনখিবা করিগুম্বদা নীংকী পিগা কোল্লনা করিগুম্বদা নোক্ল কোংদোক-খিবা নুংশি রাহৈ মাগী মীত্তা শংশংনা উরকই।

নোংমম্থ মঙানি পামবগী মচেক লাইবা থাজগী ইপোমদা প্রেমচাঁদনা মাগা উরখি। নুমীৎ অচুগী দৃশ্য মীকুপ খুদিং মগল কয়াম্না য়াগখিবা। প্রেমচাঁদনা তকশিন্নকপদা মাগী নুংশি খুদোল চিংনচিংননা লৌখিবা থল্লবদা তুহুম চুংখি।

নোংমম্থ দ্বাদশীগী নীংকি মীরাওখোল তাখিত্রবা অহিংদা মাগা প্রেমচাঁদগা অমুক উরখি। ইংলবা থাবলনা উনা মরক্তা লিথোরক্তনা প্রেমচাঁদগী ফজরবা মাইথোংদা য়েবদা মাগী থম্মোইন ইথক কৌখি। মচিন্দ খংহৌদনা শোনখিরম্মী।

"চাঁদ — ঐবু থাদোকপীগনুকো ?"

"নত্তে জেহের নঙবু থাদোকপগী রা' অদু নচিন্দ পনগনু। ঐ নঙবু থাদোক্লোই। অশেংবনি জেহের নঙ কাইনবগী মৈচাক অদু ঐগী থম্মোইদা খাংঙম্মোই।"

"করিগীদমক্তা অহিং অসিদা অমুক লাক্লিবনো ?"

"ঐহাক তুম্বা য়াদ্রবনি, তুম্বা য়াদ্রবা। জেহের, মীওইবগী মরক্তা খল্লিবা জাৎ ধর্ম্মনা ঐবু তুম্বদগী হৌদোকহল্ল।"

"জাৎ ধর্ম্ম ...." জেহেরগী মচিন্দ নিংঙমদবগা লোয়ননা তপ্প শোনখিরম্মী।

"মানি জাৎ ধর্ম্মনমি রাকম অসি তাবদা নঙ ঙক্কনি ঐগী চিন্দগী অমুক্তা থোকখিজ্রিবা রাহৈনি। অদুবু ঙসিদি থংবা ঙমজ্রবা মৈরী অমম থম্মোই অসি চাকথৎলক্লে, মৈশা লাংবনা ভুম্বা ঙম্মক্তরে।"

"চাঁদ করিগীনো ইনৌ নৌনা অমুক। নস্তে, নঙগী রাহৈনা মুৎথরবা ঐগী মৈরী অচু নঙোন্দ ইনৌ নৌনা অমুক হৌরক্লিব করিগীনো? জাৎ ধর্ম্মনা মুংশিবগী উচেলবু থিংবা ঙমগ্রবরা? নংন ঐবু মীনমথরবরা?"

"মীনমদে জেহের নঙগী নফমদা মীনমদে। নঙ ঐগী মুং-শিবগী ঈচেল কনানস্থ থিংবা ঙয়োই 'দ্রবু জেহের ....।

"অদুদা কৈদৌরবা ...."

"অদুদা, মতম অমগী হিন্দু মুসলিমদু ঙসিদি নৎলক্তরে জাৎ ধর্ম্মগী খেন্নবন জাতি অমিগী য়েংথিনবা হেল্লক্লে। জেহের ঐহাক্ত নংবু মুংশিরুই নংবু ফংনবগী রাখলনা ঐগী রাখল অসি লৈতাফম থংত্রবনি। জেহের।"

"ঐহাক থংলে নংন ঐবু থাদোক্লবা তৌরীবনি ....।"

"থাদোক্লবা .... ?"

"মত্রবদি করিগী ঐঙোন্দ তম্বীরী নংন হিন্দুমি ঐন মুস লিমমি। হায়ন হায়ন জেহেরগী মীত্তা অরৎপা লৈত্রবা পিগী ইরা শিন্থরী থাবলগী মঙানন৷ য়েবদা ঙৌরবা মাইথোংদা লংনা মরি মরি শিন্থরকইবা পি অচু প্রেমচাঁদনা তৈথোকপিরী।

"জেহের কপকন্নুসে ঐন লাল্লবন। অদুগা নহাক ঐবু সেরাল্লবা রাখন্দা থনগমু মচুম্না তৌরম্দি ঐগী পম্মোয়না খাং-ঙম্মোই। ঐহাক নহাকপু মুংশি অসিনস্তুংদি নহাক থাজবীয়ু। .... অদুগা ঐগী পুক্লীংমস্থ খল্লবনি ঐ অগম্মুং মংগী মুংশিবগী পম্মুং-শিবনা ওইরফাওবদা নংগীদংক্তা ঐহাক লেপ্লমলগনি।"

জেহের উন্নিসাগী পুক্নিংদা খল্লক্লে মহাক্ক লানগ্রবরা? অওই-বগকস্থ প্রেমচাঁদনা মাবু মুংশি হায়বসে মহাক তশেংনা খংই। অদুবু ঙাইহাক ওইমরুক্কত্তনি। মখোই অনিমক তুমিন্না লৈন-খরে। অরাপ্পদা খুঙংগী হুইশিংগী খোম্থাং তারকই। থাবলগী ইপোমদা মুংশিংনা লিরি লিরি শিংলি। জেহের উন্নিসাহোয়গী শুমাং মতোন্দা শাংলিবা লৈশিং অদু মুংশিংকী ইপোমদা তপ্প তপ্প হায়রী। মতম কুইনা লৈরক্লবা তুংদা তৌফম খংরক্লদুনা প্রেমচাঁদনা জেহের উন্নিসাগী খোংলবা খজাই অনিদু থুংনা চপ-শিল্লদুনা মুংশিনা কৌরকই— " জেহের .... । "

" হুম .... "।

" নং ঐবু চিংনবরনে .... ? "

" চিংনদে ... । "

জেহের উন্নিসাগী মীত্তা পুম্নাক অগমমতং ওইনা উরকই। মুমিৎ অদুগী দৃশ্য ...., শাংলবা স্বর অমত্তং হোমথি। অমুক নিংশিংলকই .... মুমিৎ অদুমক্কী অহিংদা মাগী রাখল। মীৎ কল্লা অমত্তা উয়শিনখিদবা। মাগী রাখলনা খনখিরম্মী জাৎ ধর্ম্মগী রাখল মদুগী মমাংদা নোংমতস্থু খনখিদ্রবনি। মামা প্রেমচাঁদবু মুংশি অদুগা প্রেমচাঁদনস্থ মাবু মুংশি অদুবু নোংমতস্থু মুংশি-বগী পন্থুংগী মরমদা খল্লুদে। জাৎ ধর্ম্মগী রাস্থ খল্লুদে। তস্তুনা লোইনৈ। অদুবু অহিং অদুদদি মহাক খনখরে করম্না মতমদা প্রেমচাঁদ অমদি মহাক থুংনগনি? মুংশিনবগী পন্থুং করিনা ওইরগনি? প্রেমচাঁদনা হায়খিবা 'শিব' অদুনরা? অদুবু লৈতা-ফম খংদ্রবা মাগী রাখল অদু নোংমা পুর্নিমাগী অহিংদা মতোন্দ হায়গিবা।

" জেহের — নঙ ঐগী মুংশি খুদোল অসে লো মসিনা মপুং ফারবা মতমদা নঙ ঐগী মুংশিবগী পন্থুংফম ওইরগদবনি। "

ৱাইহ অসিনা লাকথতুনা য়াম্না ৱান' মীৎ উয়শিনবা লাক্লখিরম্মী।

পুম্নমক শিং অদো মহাক্কী মীৎতা উরকই। অদুগা নোংমগ্গ মখোয়গী মীতিনক্কম কাগী দৃশ্য ..। মহাক্কী মবুক্ত "দৌলত হুসেন" অমদি মাগী মমাম্নবশিংগা শামখিবা ৱারী মামা থোং মক্কমদা তাখিবা। থমোইদা মীপাইবা ফাওখিবা হৌজিক্কা থোক-লিবগুম তৌরি। মুমিৎ অদুদা মহাক তশেংনা খংখি মুসলিম অমদি হিন্দু তাইশিন্নবা য়ারয়োইদবা ফীবম। মুসলমান খুদিংগী থমোইদ পান্নীবা 'পাকিস্তান' শেমহন্নবগী ৱাথল অতুবু মিন্দা তৌখিরম্মী। ৱারী শানরিবা মতম অদুগী মফমদা লোম্ন ৱাহং কয়া হংগ্রবনি। হিন্দু মুসলিম পুন্না লৈমিন্নবা য়াত্রবরা? অদুগা কোমনা মবুংবুস্থ হম্ন হম্ন নিন্দা তৌগ্রবান। প্রেমচাঁদগী মুংশিবনা থল্লবা থম্মোই অদুদা হিন্দুশিংদগী খোখায়ন লৈনবা ৱাথল অদো মাগী থম্মোইনা পোল্লমদে। অদুগী মতুংদা মাগী শাংলবা ৱাথল ময়াম ময়াম নিংশিংলকখি।

"দিদি" মহাক মংফাওনরম্মী। মেহরুনা মীৎতা পিগী ইরা হৌনা মচেবু য়েংলদুনা লৈরম্মা। অরাম্নদা অনকপদা তারি "আল্লা হো আকবর"।

অসুম্না কলকতা সহরগী ৱাথোক অসে মুমিৎ মরিনি চুপ্প লেপলমদে। জেহের উন্নিসা মু'মৎ চুপ্পা কপ্পুনতা লেলম্মী। য়ুম-দগী মপান থোকলমদে। ইমুংগী মী খুদিং থোং লোন্দুনা লৈম-রম্মী। মপান্দা করম্বা মওংদা লৈরমগদবা মাগী ৱাথম্মা লাক-শিল্লকই। মাগী মবুং 'দৌলত হুসেন' মগানা খাম্বা য়াদ য়াদন হেক হেক য়ুমদগী থোকখিরম্মী। মী কয়া শিবগী পাও হন্নলকপগা তমলৈ। হিন্দুগী কোলোনি নিংশিংলকই অদুগী মতুংদ প্রেম-চাঁদ থমোই শোক্না কপলকই।

মত্তানিশুবা মুমিৎনি। জেহের উন্নিসা পাও তারে —

হাৎনথিন্নবা অদু লেপথরে। য়ুমদগী মপান থোরক্লুনা 'হিন্দু কোলোনি' তন্না লাক্লে। মহাক্না মীৎনা মকম খুদিংদা লৈন লৈন য়েংলম্মী। মখোং লাকওমত্রবা সুপী-সুপা অঙাং কয়াগী অশিব হকচাংনা সড়কী মালাদা, য়ুমগী মাঙোন্দা, চুরীদা মকম মরাং খংদনা ত'-তাদুনা লৈরম্মী। অশিবা হকচাংদগী শিস্থরকপা ঈতনা লোখোং ওইনা চেল্লমই। করিগুম্বদা য়ুমগী মহুক্তা মৈফমতমক ঙাইদুনা লৈরম্মী। অওইবমক কলকতা সহর অদু য়েংবদা তুজুং নিঙাই শক্লুম্মী। থুস্তাক লানশিনবগুম চাওরবা সহর অদু ইচিক চীকলমই। জেহের উন্নিসা পুন্নমক মাগী মীৎনা য়েংলকই। পিগী ইরা হোৎকই। অমুক য়েংবা ঙম্মক্রে। থম্মোই শোল্লবী মহাক্না করম্নস্থ য়েংবা ঙমগনি?

মহাক প্রেমচাঁদগী য়ুমদা চংলক্লে। অদুবু চাওরবা ইথোন অদুদা য়ুমদি লৈরগদ্রে। মদুগী মহুক্তা মৈফমতমক ঙাইরমলে। জেহের হন্দক্তি খোঙ্গেল থোক্লা কপলক্লে। য়ুম লৈরম্বা হৌজিক্লা মৈফমতমক ঙাইরবা অদুগী মনাক্তা চংলক্লে। অকোইবদা কোইন য়েংলকই। মমৈদা উরক্লে সুপীগী অশিবা হকচাং অমা তাদুনা লৈরী। মনাক্তা চংশিন্দুনা য়েংলুবদা প্রেমচাঁদগী মমা ওইরম্লে। জেহের অমুক্তা হেন্না থমোই শোকখরে। অশিবা হকচাংদা মুন্না য়েংদুনা লৈরক্লে। হৌখিবা অঙাং ওইরিঙৈগী দৃশ্য কয়া নিংশিং-লকই .... প্রেমচাঁদগী মমানা মঙোন্দা সুংশিনা মাল্লগা "বচ্চু" হায়না কৌখিবা। কারণ তৌবা ময়া অদুদা শোল্লিবগুম তৌরী। মীৎতা পিগী ইরা শিস্থরক্লে। অম্নুম্না মতম শাংনা লেপ্তুনা লৈরক্লে।

জেহের উন্নিসানা প্রেমচাঁদবুদি উবা ফংখিদরে। শিরগ লগত্রা মত্রগা হিংলমগত্রা মাগী রাখলনা লাকশিনবা হোৎক্লে। অশিবা হকচাং মরক্তা চৎতুনা অমমমতং য়েংলকই অদুবু ফংখিদরে।

সুমিৎ কয়াখি জেহের উন্নিদা। অহিং ভুংখিল চুপ্প কপ-লক্লে। মখাও সুপীনা কয়া থেমজে অদুবু কপ্প কখা লৈখিদরে। মমীৎ পাংনা-পাংনা শাংলবা চোইবোন কয়া লোপ্লি। মেহরুন—"ইপুরোইবা লৈখিদরে" হায়খসিগদি য়াম্না তোয়না তোম্বা শোনবা তাখি। মচেৎ তোয়না কৌরী "দিদি" মংহাওম্না থুম্মক—"হুম"। মেহরু মচেগী মতৌ য়েংলগা কপ্পা নত্তনা উপায় লৈখিদে।

অদুবু হিন্দু মুসলীমগী রাথোক অসিমদি লেপ্পা লৈখিদরে। মতুগী রাথোক অদু শাংলবা ইতিহাসতা ইরি। নয়াখালিদা (নোংপোক বেঙ্গল) অমুক হন্না হিন্দুশিংগী মরক্তা মুসলীমনা ওৎপা হোৎরক্লে মী কয়া শিনরক্লে। হিন্দু অয়াম্বা লৈবা গুমত্র-হুনা চেপ্পোক্লরক্লে। রাথোক অসিদগী শাওনরক্লুরা বিহার, উত্তর প্রদেশতা হিন্দুমখৈনা মুসলিমগী, মতক্তা লান্দারক্লে।

হিন্দুনা মশিং য়াম্না লমশিংদা লৈবা মুসলিমমখৈ মীপাই-রক্লে। মুসলিমনা মশিং য়াম্বা লমশিংদস্ত হিন্দুমখৈ কিনরক্লে।

কলকত্তা থাদোক্লুরা জেহের উন্নিসাগী ইমুং মমুং পুম্বা নয়াখালিদা চৎখরে। মবুং দৌলত হুসেননা মক্ষদা চৎখিবা মাগী মপাদা চিঠি ইবদা— রাহৈ অসিমা য়াওখি— "ঐখোয় কল-কত্তাদ অম্থম লৈবা তারবদি নোংমা নত্রগা নোংমা হিন্দুগী মথুত্তা তারবনি। পাকীস্তান শেমলগনি।"

জেহের কপ্প কপ্প নায়াখালি য়োৎখরে। মনাও সুপীনা থেমজিনবা লাক্লজে।

নায়াখালি য়োরবদা— ইকুই কুদনা জেহের তাইবংপানদগী শক লোৎখরে। মাগী ইতিহাস মতাং অসিদা থমখরে। মমাও সুপীনা পন্থুংকম থংত্রবা চিঠি অমত্তং ইরম্মী—

"পেমচঁদ"

ঐগী দিদি লৈখিদরে, মতোমতমক শিজখিবনি। শিন্নগদায়গী

মীৎকুপ্তা ফাওবা নংত্তবু শোল্লম্মী। ইচেমা তোম্বনা নংবু হিংদি-ষন্না হায়না হংলম্মী।

ইচেনা ঐখোয়দা অসিমত্তুং হায়জরম্মী— "ঐগী গর্ভদা য়াওরীবা থাওগী অঙাং অসিগা কোম্বনা ঐবু কলকতা সহরদা হিন্দু অম-গুম্না পোৎলোয়বীয়ু"। অয়োইবদা ঐনা হায়জমীংবদি—"ঐখোয়দি পাকিস্তান মচানি ভারত্তা ঐখোয়গী লম লৈক্তদে। অদুনা ইচেনা ইয়াৎচরম্বা নঙগী নকমদগী পীকলবা লম মচেৎ অমত্তুং নিজরি। খুদামা নঙবু থৌজানবীসনু।"

অদোমগী

'মেহরু'

অত্তবু চিঠিগী পম্থুংদি কদায়নো ? পুন্সিগী অহাংবা ইপাক্ত পুম্নমক ত্তাওথোকখয়ে॥

## পঙথখি

নোশা পাল্লম্মী। মহাকম্ভ অদুগা ঐহাকম্ভ। ধরেক্লবা হকচাংদু ডান্স তৌবদি লেপত্রি। তালদি তত্তুনা কাইরে। ওরক্রেষ্ট্রাগী তালদু। কাচিন ওইবপ্ন থারিবা চৌকিদ ঐহাক্তি পঙথরপ্ন ফম্মী। অদুগা য়াম্ন চোকথন মাগী ডান্সতু য়েংলি। অদুক য়ামগ্রবা নুপা নুপী ময়ামদু মহাক মথন্তগক উই। মাপু মচুগী বেল্ট বটম— চাওরাং লাংবা গুরু সার্ট। হয়াও তয়াম্ন মায়থোং অদু নোকপগী মমি তারি।

হুইসকিগী গ্লাস তংখায় অগদু অমুক ভমশিন্নবা লাক্ররুরি। অত্তুদগী চিক্কন-চাও। ঐগী নাকনগী চৌকিদ ত্তেক ফমথরকই। নোক্তুন হংলকই— 'কমদোই'

নেমতক্রপ টেংলদ নৈরিব গথুত্ত কম্ন পায়শিল্লুরি ফোং ফোং শাই। ঈগী ঈচেল অত্তু য়াম্ন কল্লম্মী। ত্তোরবা খজাই অদু ঈ থাংনা ভাংলে। শিং নাল্লবা খজাই অনিদু। তবা তবারবা চিনবান্দু কারপ্ন মোকপ কাক্কনরি। ঐম মায়পোং অদু মিতানা য়েংল্পুবি। অদুগা তপ্ন শোল্লুরি— 'য়াম্ন ফজৈ'

অহিং পুং অমা তাখয়ে। ইনিল মিল্লম্বা পাইন-ব্রুদকী হো-টেল অদু ইচিক চিকথয়ে। ডান্স লোয়শিনখিবগা ঐথোয়স্ন

থোরক্লে। খরদি হায়নরে। হেক কাখৎপগা টেক্সিদু থোবা হৌরকই। ঐন টেক্সি ড্রাইভারদ নোংথেমাইদ চৎনবা হায়রুরি। অদুবু মহাক্ন য়াদরে।

'কোক অসে য়াম্ন ঙাওরে। ঐহাক হৌজিক য়ুমদ চৎল-রোই। ড্রাইভর, গোনস্থন হোটেলদ চৎলু।

ঐহাক তুমিন্ন লৈরে। অদুবু মহাক্ন মরোল ফাইরম্ন মখা তারকই 'মহাক হুইসকি লিক্লি অমগী মমল কয়ানো থংবরা ?'

'করম্ব লিক্লিবুনো ?'

'ঐন হায়রবদি ঐবু ঙাওহনবা ঙম্ব লিক্লি অমগী মমলবুনি।'

'মদুদি য়ামখিন্রবা য়ানিমা—' ঐন নোক্ক্,না হায়রম্মী, অদুবু মাদি শকফম হুঙ্গিল্লম্মী। য়ানিংদনা ফোংদোকলম্মী। মহাক্ন হায়রকই— 'ঐন খনবদি পূন্সি অমগী মমলবুদি হুইসকি লিক্লি অমগী মমলন হেল্লি। লাইফ ইজ নথিং বট এন এমপটি ভেসেল ওফ রাইন।

য়ু ঙাওদুন পংঙাং ঙাংলিবনি। মাবু পুন্সিগী গরমদ করি-গুম্বদ খল্লমগন্ত্রনে ? মশাদু চায়ক্ষেৎ লেকথরকই। ঐঙোলোমদ।

কারদু গোনস্থন হোটেলগী ভেরেন্দা ময়াদ তম্ন খাম্লরে। মীঙচনশিনক্কন কা অহাংবা অমা লোরে। কোনবোই কারওই মাবু পুশিল্লি। ফমুংদ ফমহল্লি। মখোং তিংথোক্ক,ন জ্ঞান তানা হুপথরকই।

'হয়েং য়ুমদ করি হায়গনি'

'করিবো ?'

'য়ুমদ হঙ্গিান্দ্রবা'সবু হায়ব'

'পার্টি য়াওরুবদগী থেংদোকখিদুনা ইমাম্নবগীদ কৌথোরক্লে হায়রগা লোইরে'

অসি হায়রগ মহাক থম্নাই তানা নোকই।

"ঐহাক চৎলগে"

"নহাক য়াম্ন পঙবা অঙাংনি" অমুকন্থু মোকলক্কই। অদুগা মথা তারকই— "ইতোমগত করিগী হুঞ্জেক্লমগদোরিবনো ?

ঐহাক পঙথখি। অহিংতুমদি লেকমিন্নরে। সিজল সিট অমন্তদ—

মীৎকপ থোরকপদদি নোং ফজন ঙাম্লয়ে। ঐঙোন্দ চেৎন কোন্দূনা তুমদুন লৈরমলী। ঐন হোৎপদ মহাকন্থু মীকপ থোরক্লে। হকচাং অদু ইতেক তেকখৎন উই। ফিরোল শেৎলগা হোটেলদগী থোরকলে।

'হোয়েল ফেটত উন্নসি'

পাওথুম লাক্কে। নোকফেৎ তৌরকই। টেক্সিদ কাখৎখরে। মখুৎ হায়রকই। টেক্সিদু য়াংনা থোখরে। ইতোমগত মোনন্থুন হোটেলগী মগাংদ লেপ্পুন লৈহোই।

চিন্নবা মীয়াম মরক অদুদ মাবু কোয়থি থি। কনাগী রে-ষ্টোরেণ্ট ম্যাজিক তৌকম ঐন য়োদবা মফম লৈত্তে। মমৈথংদ শগোল লমজেল তাম্নক্মদ লাক্লে। টিকেট অম ঐহাকন্থু কক-শিল্লুরে। নম্বর ফাইভ। রাখলসিদি শগোল লমজেলদ চঙবা ইঙম ওমদে।

মরুপ অমগী বার্থদে সেলেবেয়েসনদ মালিন্দাগা ইহান হায় শকখংনাখিবান। সুামৎ অদুদন্থু মহাক অঙকপা কংনা ডান্স তৌখি। অদুগা অঙকপা হুইসকিন্থ। ঐ ঙকখি। খামন্থু খামখি।

মহাক্ল হায়— 'ব্রডর, পূন্সিসে সুঙাইথোক্কদবনি। পূন্সিগী অর্থদি মীওইবগী ঈনা ঈপাক্ত তিনবা মতমদত থংলককনি। ঐহাক তুম্নম লৈখি।

শগোল লমজেল হোখরে। অহুমশুবা রাউন্দগী মরু খাও-রকপ ফাওবা নম্বর ফাইভনা লিড তৌরকই। য়োগদবা কা মঙাতমক

মঙায়ৱে। হুন্দকী ৱাউন্দ অসিদদি শোয়দম ঐম পম্নুং য়োৱগনি।

"নম্বৱ ফাইভ. বেকঅপ"

তুং হুম য়েংলুবদ মালিন্দ ওইৱম্মী। চিন্নবা মীয়াম মৱক অদুদ শহাকস্তু য়েংলমলী অৱোইবা ৱাউন্দ পাওবা হৌৱকপগা মীয়াম্ন লাওনৱকই। মালিন্দাস্তু মীয়াম মৱক অদুদ য়াওৱি। ঐঙোন্দ য়েংদুনা মোকলকই। ঐগী মীহুলস্ন মখোংয়াংবা হেক্কৎলকই।

শগোল লমজেলদ ঐহাক মায়থিৱে। নম্বৱ অহুমন গোল য়োখৱে। ইমাংদ সদার্জি মকোয় চোম্বদ পৈশা থিথি। হকচাং অসে ইতম তম্বৱকই। মালিন্দাবু কোয়য়েং য়েংই। উদে। ঐবু লৱৱম্বস্তু য়াই। ঐহাক মাবু থিব থোৱক্লে। বিটলস কাংবুগী ম্যুজিক ইনিল নিলি। মালিন্দাবু উয়বা ফংখিদৱে।

সুমিৎ তাখৱে। অদুবু ডিম লাইটকী মৈঙালশিংনা পূম-ঙাল ঙাল্লী। কেথোলিক চর্চকী মশিং য়ায়বা থাক থাক্ত কুমথৱকই চিংখাদ। ষ্ট্রিট তম্ব। উচান পাম্বীশিংনা মুশুক মুনা ৱাংন লেপ্লি। থাসি নৈশাবী কয়া হৌজিক্ত লাক্লবস্তু য়াওৱি। সিড়িদ কাখৎ-নখি ময়ামগী মৱক অদুদা।

অগম্বদগী টেক্সি অমা থৌখি। মৱেকশেংনা উৱ্হৌই। মালি-ন্দানি। মাগা তোংমিন্নখিবদুনা সদার্জি মকোয় চোম্বদু। লোকমীয়-দুম চৎখি। অমম্বদ তিনখি। মান হায়ৱমগদবা ৱা থুদিং ঐহাক থংই চিংথক্তুগী বিটলসকী কাংবুম ময়েক শেংন শকলকই '.... লাইক গোজ অম ....'

হকচাংসে পঙথখি।

## অপাবা লৈচিন

নোংম কোহিমাদনি।

নুমিদাংগী পুং নিপান অমুক তারমলগনি। ঐগী রাখল পাকচাওরবা ইরোম্নুংদা লুপ্লম্মী। লৈতাকম খংলমদে হোৎপ্র-পুন্সিগী ইতিহাসকী অগঙবা নোং অমনা রাখল অমদি থম্মোই অসি নমহৎলম্মী। মতমসিদদি— ঐহাক ক্বাটরদগী মপান থোরক্কুনা অরা মৈচাক খাংবা মতুনা উপায় লৈখিদে। অওইবমক ঐগী পুন্সিদি নিংবা কাইবনি। মসিগী চৈনা অসিনা অমুক অমুক থম্মোয় 'অসিদা য়ৈরৈ;

মপাম থোরক্লবদা।

অইংবা নুংশিৎনা লিরি লিরি শিৎলম্মী। হকচাং অসি হায়কেৎ ইংই। অত্তুবু অরাওবা থাবলদা ঙহাক চৎপস্থ নুঙাই-রমই চুকট অমা চমখৎলম্মী। থজিক্লং হকচাং অসি লাগৎপগুম নিংহল্লি। রাখলদি অগংবা মোং অমা পায়থোকহনখিবা মঙম-দরে। মীৎভি, থাবলবু উকদে। হোৎপ্রপুনসি ইতিহাসকী অনু-তাপনা থলবা লমাই অমা মশেম মরাংমনা উরী।

করম্না মতমদা ঐহাক মফম অদু য়োরকলম্নলিবা ঙসি ফাওবা নিংশিংবা থোকখিদে। ময়ক মরক্ত ঐগী রাখলমা লগজিংদুনা

মক্ষম অচুদা চংথিদবদি নত্তে। চমন্নবনি।

থোং অচু হাংদোকলুবদা।

উরক্রে লৈত্তেংলবা কা। ন্নবনা ভান্না থান্নী ফক্লাংদ লাই কয়া। মথল মথেলগী শাথেক। 'মিউজ ফিগর' 'ষ্টার্ক নেকেট'। গথোক ফারকপী মুপী কয়াগী শকফম চংলকপদা মীৎয়েংফম ওইরী। কয়ারক হন্না য়েংগ্রবনি। নৌহৌনমা অমুক।

কোইনা য়েংলুরবদা।

ঐগী মীৎ ফমুংথক্ত থমকই। ফিরুক খুন্নীবা মুর্ত্তি অমা মচোই মচোইরবা শন্নাং থরা ফিমাদগী হেন্দোরক্লি। ঙোরবা খোং ঐগী মীৎনা উরকই। মুরবা মীম্না ঙাংলৈনবা পারবা ফীগী মরুমদা হায়ফেংৎ য়েংখিমাল্লে। ঙোরবা মাইথোংগী মগি মশেন মরাংনা উরকই। থম্মোই অসে তনিকই। ঐহাক ফমুংমাক্তা চংলুই মাগী মনাক্তা ফমথকই।

অওইবমক ঐহাক ঙক্তবা ঙমখিদে। হিক্ক কপ্পগী খোস্থাং তারকই। ঐগী নাকন্দা। থুমলীবা ফিকক অদো ঐনা হাংদোকলম্মী। অমুকা হেন্না ঙকশিনবম্মী। ঐগী মিৎনা থাজবা ঙমখিদে। চিন্দ খংহৌদনা শোনখিরম্মী 'মেরি'।

হৌগ্রবা পুন্সিগী নিংশিং লমাই অমুক হন্না ফাকৎলুরী। লমাই থুদিং য়েক্লম্মী প্রেগ মুর্ত্তি ঙোব মাইথোং মেরিগী শক্তম থম্মোইনা কয়ারক হন্না নিন্দা তৌগ্রবস্থ মুংশিবতংদি থম্মোই অসিদগী মুংচনখিবা গঙ্গদরবনি। পারবা লৈচিন্নী। তপ্প তপ অহাংবদা পাইরি।

'মেরি' ঐহাক্না অমুক হন্না কৌশিরম্মী।

"ঐবু ওক্তবী হায়না কৌবিয়ু" মহাক্তী মখোল অচু নিক্লমই। অক্তবু মাইথোং অক্তুদি থাজলকই। মাগী মীৎনা ঐগী মিত্তা য়েংলকই। মীত্না অচু পিগী ঈরা হৌরী।

"হায়য়ু— মকম্ অসিদা মহাক মতৌ করম্ …. …. করা কুইরে। ঐহাক্না খংহায় খংথিল শুইন হৎলম্মী।

"থা অনিয়োম ফারে, সম্মি নত্রবদি ঐগী হিংনবগী উপায় লৈতে।

'হিংনবগী' ঐগী চিন্দা খংহৌদনা লোমখিয়মই। মহাক ভাহৌম্বমাল্লে।

"হিংনবগীদমক্ত্‌নি, মহাও য়াওত্রবা পৃক্সি অসি হিংনীংবগী মাখলম্ পোক্লকই।"

"নত্তে, মহাক লুহোংলে হায়বদায় ?"

"হোই লুহোংলুরে, 'মুবু ঐহাক্তী ওস্তবীনি মতৌ করম্না ঐহাক্না মুম্মানবগী পৃক্সিদা চংলুবা ওমগনি।" নিক নিক লাওনা ইহৌ-জিবা পি অচু মরি মরি শিন্থুরকই। মহাক্ন মথা তারকই—

"লোলি মসি ঐহাকা ইপাপকী মহৈনি মুংশিবদা মীনম-লুবদগী অওইবমক নহাকপু ঐনা মুংশিখি। অহুবু ইশাপা ইশাবু মুংশিববু খঙজবা ঙমাখদে। ঐবু ঙাকপিয়ু নওগী নকমদ ইরাল চামা চামা লংজরবীনি।"

মাগী বাহৈশিংচু ঐহাক তাক্লদরে। মাংদা ফমলিবী ঐগী ইক্ষমদা আশ্রয় নিরক্লীবী 'সেম্মী' বু মতম কুইনা উথিজ্রবা ঐগী মরূপ চন্দ্রগী শক্তগঙম্না উরকই। চহি থরগী মমাংগী দৃশ্যনি

"লোলি নহাক কৈদোঙৈ চৎপ তারে ?"

"হংচিৎ নিংখোকাবা মুমিঙা।"

"মফমদি ?"

"কলকতা মেডিকেল কলেজ।"

"ডাক্তর ?"

"ডাক্তরদা লেপ্লে। পুক্সিংদা থাজদবরা ?"

"অওইবমক, থাজবা ঙম্ত্রে"

"নঙগী কবিতাশিংদি ?"

"অহাংবদা ?"

"নিংশিংলক্লে— ওঃ অপাবা লৈচিন ...." মহাক্না হোৌনা নোকখিরমই।

অপাবা লৈচিল্লী অহুবু হন্দকী লৈচিন অসে কলিকতা সহরগী রাংলবা ফুরা দলালগী মথক্তা পায়রুবা তারি। য়েংউ. চন্দ্র মকম অসিদদি কল্লবা মুংশিগী ইথক ইপোমদা এগী পারবা লৈচিন অসে পায়জবা ওমদরে।"

"কনাগী মুংশিবা ?"

"মেরি-মেরিগী।"

"নহাক্কী পুকচেল অসে ওম্মোক্ল পীকখরে, মীনম্বী মহাকপু করিগীনো নঙনা অম্লুক য়ামনা পামজক্করিববো ?

"মরমদি মুংশিবননি। মুংশিবদি অাত্মাগী মরীনি, মুৎপা লৈররোই।

"মানদি নঙবু মুংশিদে, নঙগী নফমদা চিরোন তৌরমলগা মাদি নঙবু হুপ্লেকলামলে।"

"মহুদা করি কাইবা লৈ ?" এগী রাকম অসিদা মহাক ওকখিরম্মী 'করি কাইবা লৈ' মাগী চন্দ এগী রাহৈশিমক শোনখিরম্মী। মহাক্না হায়রকই

"লোলি, মহুগী রাফমহুদি মশা মথন্তুদা হংজো মতম চুম্নদা লৈতাফম খংদ্রবা নঙগী রাগলনা মহুগী প ওখুম পীরকনি। নত্তে, মহাকপু আটলান্টগী মুক্তিরা ?

"এগী ইকমদাদ আটলান্টগী মুক্তিনি, ভেনষকী মুক্তিনি, চন্দ্র নহাক নিংশিংলম্বা য়াই নোংমা তুলি পায়বিত্রিবা থুৎ অসিনা মেরিগী মুক্তিবু য়েক্কে হায়মা থোরাংলম্মী। এগী রাখলনা লমজিংখিহুনা পাক চাওরবা ঈয়াই অমদা শাৎপা থম্বাল ওইনা

য়েকখী। মঙনা ঐঙোন্দ হংখি ‘মত্তুগী অর্থ করিনো ?” তৌইগুম্ব-সুং ঐনা মত্তুগী পাওথুম পীবগী মতম্ত' মেরিগী মোমোন নোকপা মাইথোং অমা লৈখোক্না কোমনা য়েকখি, থম্না মরক্তা। দৃশ্য অমু থাবল ফরবা অহিংগীনি। ইয়াই থক্ত পায়বা লৈচিন অমনা তপ্প তপ্প পায়হল্লখী।”

“মত্তু পুম্বগী অর্থ ঐহাক থংলে ’ত্তবু মহাক্তী নঙগী মুং-শিববু কাওথোকপা ঙমই মহাক মঙগী য়েক্লবনী।”

“মুংশিবদা অশাওবা লৈতে” ঐগী রাহৈ অসিদা মহাক অহনবদি পোক্লবনি।”

মথা তারকখিদরে।

মত্তুগী মতুংগী দৃশ্য কয়া ঐগী মীত্তা উরকই মশেন মরাং-ননা কলিকতা মেডিকেল কলেজ শাংলবা চহি তরুককী মতম। ঐগী রাখলদা তত্তনা পীখিবা চৈনা। নোংমত্তু কলেজগী স্কারদা ইতোমতগক চৎখিবা। মেরিগী নিংশিং মুর্ত্তি। রোকসী সিনেমা হোল। ঐগী রাখল তত্তনা ঙংগ্রবনি।

নোংমনি। ঐনা অত্তমশুবা চহিদা তমলিঙৈদনি। মতম অমুদা ঐগী মরুপ চন্দ্রনা চিঠি ইরকপদা য়াওরকখি। মেরি লুহোংলে। অহল লমন্না হায়নবনি। পাও অসি তাবদা ঐগী থম্মোইদা মুংঙাইতবা ফাওখি। রাখল অসি থজিক্তং মগথরকই। অত্তবু থম্মোই অসিনা নহাক্কী মুংঙাই য়ায়ফবা পুন্সি অমা ওইজবা অমু ফংহন্নীংলকই। মীৎকী পিগা লোয়ননা অহল লমন্না হায়বা ইনগ্রবী মাবু বিদায় পিরুই। লমদম থাপ্না। মত্তুগী মতুংদগী মন্থু-কায়থরক্লবা রাখলগী দৃশ্য। মচেৎ মচেৎ কেল্লবা আশা। নিরাশাগী শত্তম অমমমতং ওইনা উরকই।

চিন্দ নিংঙমদবগা লোইননা শোনখি— “মেরি নহাক ঐগী রাখলবু য়াম্লনক ঙংলবনি।”

“অচুম্বমক্নি, অদুবু ঐগী রারী অসে লোইবা ফাওদং তাবিখো। ঐহাক গংফাওনরম্মী। ফমুংথক্তা ফগলমলী মেরি। কবম্বা মতমদা রারী লিখিবা অমম্তা তাহৌদ্রে। ঐগী রাথল পাকচাওরবা ইবোলন্নুংদ লুপলুরে হায়বসে নিংশিংলক্লে।

মহাক্না মথা তারকই - অশুম্না ঐহাক মুহেনগী শুংশি রাহৈশিংদা ঐগী রাথল লুপ্লম্মী। মগী রাথল থরংখৈ কাওখ্রে। মহাক্না ঐগা অসুকী মতিক নকশিন্নরক্লে। মতম পুম্বদা মা ঐতা লোইনবম্মী। ভানংবগী খোরাংবা তক্তনা ঐগী পুক্নিংদা পোক্লকই। মতৌ অসুম্না চহি অনিরোম মাগা ঐসা লোয়নরকই। অহিং কয়া মহাক্না ঐগা লোন্না লোন্না ভৈমৈ।”

‘মোংমা চতুর্দশীগী থাবল ফরবা অহিংদা অমুক উম্নখি। সুমিৎ অদু ঐগী পূন্সিনা কাওগা ওমলরোই। ঐহাক্না ইমুংদগী থোরকপদা মহাক ঐবু য়াম্না খোরাংনা ওাইক্লমা লৈরম্মী। মমাংগী মথা থংবা ইস্কোল চিৎেক্তা মাবু ঐনা পুরম্মী। মফম অদুদা হৌরিবা শম্বৈল্লেনা থাবলগী অঙানবা অক্তুদগী লোৎপা ওমই। ইবানিমক ফমথমীন্নরমই। হেক ফমথবগা মানা ঐবু চেজেৎ কোন'শল্লকই। ঐগী ককচাংদা সুংঙাইবগী ইক্তুল ক্ষাওরকই ঐগী াচন্দ মাগী চিন্না .... ঐহাক পংথবম্মী। সুমিৎ অদুদা ঐগী ভর্জিনিটি অদু কনবা ওমহৌদরে। মাগী মাংদা ফম্বা ইকাইরে। ঐহাক অদুম্মক ইমু দা চংলে।”

“মদুগী মতুংদগী ঐহাক মহাক্কী শাম্নপোৎকুম্না লৈরক্লে। চিংনবা কয়াদি পোক্লকই অদুবু মহাক্কী মপান নাইত্রবা সুংশি রাহৈ কয়ানা মদুগী রাথল অদু থম্মোইশুংদগী মুৎখরে।”

‘থা অহুমলোম হায়রক্লে। মুহেন ঐবু থাদোক্লগলে। মতম অদুদা ঐহাক থাগী খোংচৎ লেপখিবা পা অমরোম ফাক্লে। মতম্ম অদুদা ঐগী রাথল করি ওইগনি? ঐহাক সু'মৎচুপপা

কপ্তুনত্তা লেপ্লক্লে। মুপা ওইবগী খম্মোয়বু তুকচরক্লে। মোলি মতম অল্লুদা ঐহাক নহাকপু নিংশিংলকখি। অওইবগক মওগী রাখল অদুবু ঐনা ইকাই খুম্নরকাখি। চহি ৫ মোম লোয়নরকপা মওগী রাখল অল্লুগুম্না মুপা খুদিংবু ঐনা খল্লুই। অদুবু অমানবা রাখল ওইরমলে। ঐহাক কপপা নত্তনা উপায় লৈখিদে।"

"ঐহাক অঙাং অমা মীরোল্লে হায়বাস ঐগী অবোক খংলক্লে। ঐত্তোন্দা চৈবা ঙাংবা হোৌরক্লে। 'অদুবু মমৈদদি তোকখরে। মদুগী মহুত্তা ঐবু লুনা তোৌবা হোৌরক্লে। ঐহাক খংলে ঐগী লুহোংবগী মুমিৎ লেপখরে। ঐহাক হোৌজিক হরাওগদ্রা? কপকদ্রা? মুপা অদো শরত কোৌই হায়। মীনা অহুম্না ঙাংনৈ মপুকচেল তম্পী— বি, এ, পাসনি। মেংউ ঐহাক কম্নাদা চাওখরবা পাপ অমা তৌবা তারবনো? মীগী মিত্তা উৎ চায়গদৌরি।"

"ঐহাক অসে লুহোংলে। ঐগী ইপুরোইবা অদু মপুকচেল তম্পী। মতম চুপ্পা মুংাশ মীনোক্তনা লৈত্তেংই। অদুবু ঐগী পুক্নিংদি মুংঙাইবদা শরুক য়াক্লবা ওমদে। ময়াল লৈরবা থম্মোয় ওইরুবনা রাহৈ অমত্তদা চিংনবনা মাংখরকই। করিগুম্বদা শুংশিনা, করিগুম্বদা ওইনদুনা শাওশিন্নরা হংলকপা রাহংশিদ ঐগী থম্মোয় লৈত্তাকম খংদে। অমুক করি হায়খোগে? পাপকী রাম্নী অসে তাখিগদ্রা?

"লুহোংবা মতুং থা অনিরোম লৈরগনি। নোংম মহাক্না ঐত্তোন্দা হংখি"

"নহাকপু মীরোল্লবরা? রাহং অসিদা ঐহাক নিংদোল চোংলম্মী চিন্দ খংহোৌদনা হায়দোকখি 'হোৌই"।

অহিং অদুমদি ঐহাক তুম্বা য়াদরে। রাখলগী ঊরৈদা তাওখরম্মী।

'নোংম। খংহোৌদনা ঐবু শরত্তনা ময়ুংদগী তাম্মোরকই।